



। অহানবা ফোংবা, মে, ১৯৯৩ ইং।

। কোরস রেপরটোরি থিয়েটর- না’ ।

মখুম : লুখোয়া মাইরেম্বম

নম্ফম : বীর কমপ্যুটর প্রিন্টিং ব্রান্স, লমফেলপাৎ ইম্ফাল


**KHAMBA-YELHOU (Drama)**


ফংফম : ।১। ফোংফম

।২। অইবা

মমল : লুপা নীফূ




## পুথোকচরিবগী মায়কৈদগী

'খম্বা য়েলহৌ' হায়রিবা শ্রীমনি মাইরেম্বমগী লিলা অসি ভারতকী থিয়েটরগী ইতিহাসতা হান্না চৎনরম্বা লিলাগী খূৎপুথোক অমদি লিলাগী খূৎইনা হোৎংলকপগী অকনবা শাফু অমা কন্না লাকখিবা মতমদা ইখিবা লিলানী।

হায়বদী— ভারতকী থিয়েটরনা মশাগী শক তাকচনবা হোৎনজবা অকনবা খোঙজঙদা, মাগী মাগী লম লমগী মশাগী ওইবা ট্রেদিশনেল পার্ফোমিং আর্ট ফোর্মশিংবু মপুম ওইনা অমদি মচাক ওইনা শীজিন্নদুনা লিলাগী খূৎই খূৎপুথোক-এক্তিংনচিংবগী লমদা অনৌবা চাংয়েং য়েংবা মতমদা ইখিবা লিলানি। ভারতকী অতোপ্পা লোনশিংদা ইবা লিলাশিংনা মতমগী য়াওন অসিদা অনৌবা মীরোলগী অনৌবা পুন্সিবু অরাইবা পান্থেনা মচা খায়না তাক্লবা হোৎনরকপদা, লম লমগী ইতিহাস নত্রগা ফুঙ্গা ৱারী নত্রগসু অতোপ্পা বৈদিক যুগকী ৱারী কয়া লৌখৎতুনা ইথোক্লরকপগুম অইবনা লিলা অসি মোইরাং কংলৈরোলদগী লৌদুনা শাগৎলি। চহী মতম শাংনা নোংচুপকী লিলাদা হান্না চৎনরম্বা পথাপ পরিং অদুদগী নাথৈদুনা, মশাগী ওইবা সংস্কৃতিদা য়ূম্ফম ওইরগা শাগৎচবা লিলাশিংগী মনুংদা শ্রীমনি মাইরেম্বমনা ইবা 'খম্বা য়েলহৌ' হায়বা লিলাসিসু অমনি।

অনৌবা লিলাগী পান্দমদী ৱারী লীবতা নত্তে, নত্রগা ইচম চম্না নুংশিবা ফজবা ৱারী তাহন্দুনা মীগী পূক্লিং শুমহৎপা নত্তে। ৱারীদুদা শাদোং ওইরগা পুন্সিগী কাচিল কোয়াবু ওক্লোপসকী মখূৎকুম্না লামদুনা থিবনী অমদি ফোঙদোকপনী। অদুগা ৱাফম অসিমক লিলা অসিদা খরদং মরিক চুম্না য়াওবদগী কোরস রেপরটোরি থিয়েটর, ইম্ফালনা চাংয়েং তমদুনা পুথোকচনবা লৌখৎচখিবনি। চুম্না মোইরাং কংলৈরোলগী লিলা শান্নবগী ওইরগদি অতোপ

অতোপ্পা অইবা লিলা য়াম্না লৈ। অদুবু— ঙসিগী অচৌবনা মচাবু তুহৎলবা, কাঙলুপ মশেল নুংশিনদবগী ইরাংনা কনখৎলক্লবা, ওইদবা মীনম্বগী মৈখুনা অচুম্ববু কুপশিন্দুনতা লৈরক্লবা, মনুংদা অমা মপালদা অমা ওইবগী লোনচৎ চৎলবা সমাজগী তমথীরবা ঈশিং-নুংশিৎ মরক্ত, মীচঙ-সঙ্গ য়াওদনা হিংবা য়ারক্ত্রবগী তানফম অসিদা— মপাঙ য়াওদবা, লৈখা তানা নমথবীরবা, মশাগী শক তাকচনবগী পাঙ্গল লৌথোকপিগ্রবা মীওইশিংনা লিলাসিনা হিংবগী নত্রগা নমদুনা মখোয়গী পুন্সিগী খৌরী চরম মেৎখিবগী— মীরোলসিনা থেংনবা পুন্সিগী লালবু ফোঙদোক্ত্রবদী লিলা অদু অনৌবা লিলানী হায়বা য়াদে। ঙসিমক ইবা লিলা ওইরবসু হায়রিবশিং অসিগী মমি তাদ্রবদী অরিবা নত্রগা লোইগ্রবা লিলাগী খূৎইনী হায়গনি।

মরম কয়ামুক অসি থমজরগা অমদি ফাওজরগা ঙসি লাইরিক ওইনা ফোঙদোকচরিবা লিলা অসি চাং-য়েংজবনী। লিলা অসি ঐখোয়না পুথোকচবা মতমদা মিৎয়েং তাবীবশিংনা ফজনা থাগৎপিরকই। মণিপুরদদসু নত্তনা 'খম্বা যেলহৌ' ভারতকী মফম কয়াদা উৎচক্লরে। লিলাগী হিরম কয়াদা কুপ্না নৈনবা মপাল লমগী মরূপ মপাংশিংনা মনুংদা চেল্লিবা ঈচেলগী মবমদা খঙলকপগী নুংঙাইবা ফোঙদোক্লদুনা ঐঙোন্দা হংলকই— মসি নখোয়গী লমগী ইতিহাসনীকো ?

ঐনা খুমই— উম, ঐখোয়গী লমদা থোকখিবনী।

হৈ চাবদা য়াকুমদবা, শিংনা চাবদা লৈ শাদবা ঐখোয়গী ৱারীনী।

লাইরিক অসি ময়ামগী মফমদা খূৎশিন্নবা ঙমজবসিমক কোরস রেপরটোরি থিয়েটর, ইম্ফালগী লাইবক ফবনী হায়না লৌজে।

রতন থিয়াম
।১৬, মে, ১৯৯৩।

কোরস রেপরটোরি থিয়েটর
ইম্ফাল

মনি মাইরেম্বম

# খম্বা-য়েলহৌ



কংচবা

## ঈবুধৌ থাংজিংদা

---

তাকপীবশিং : ওঝা অমুয়াইমা, ওঝা সেখো,
ওঝা ঈবেতোম্বী (থাং-তা)।

পুং ঈশৈ অমসুং পুন্নমক্কী লমজিংবা : রতন থিয়াম।

উৎফম : মণিপুর ডান্স একেডেমীগী ফম্বাক।

অহানবা উৎপা : তাং ২০-১-১৯৭৯ ইং।

## শক্তম লাংথিবশিং :

| | |
|---|---|
| লাইজিং | ইবোচৌবা মীতৈ |
| লাইজিংলেম্বী | রাধামনি |
| চীংখুবা | এস, কে, মঙাং |
| পুরেম্বা | রাজকুমার ভোগেন |
| নোংদম | যদুমনি |
| চাউবা | মনিতোম্বা |
| শলাং | শ্যাম |
| ঙাংখচনু | দময়ন্তী |
| য়ুরেঙ্গাম্বী | মেমচা |
| মাইবীশিং | মেমচা, থোইবীস্না |
| মাইবশিং | তোম্বা, রাজো |
| ফম্নাইবশিং | রাজো, তোম্বা, সনায়াইমা |
| ফম্নাইবীশিং | মেমচা, থোইবীস্না |
| মোইরাং লাম্নীশিং | এস, কে, মঙাং; ঈবোচৌবা; তোম্বা |
| কবুই লাম্নীশিং | বসন্ত, সনায়াইমা, মনিতোম্বা |
| লুরাং টিঙখল ১ | মনিতোম্বা |
| পাম্বা কৈশিং | এস, কে, মঙাং; তোম্বা; বসন্ত; মনিতোম্বা |
| চনুরাশিং | থোইবীস্না, মেমচা |
| পেনাখোংবা | তোম্বা |
| লোইশঙমচাশিং | রাজো, সনায়াইমা |
| <u>শেম শাবদা :</u> | |
| ফিরোল, কেবা মৌবা : | ইবোচৌবা, দময়ন্তী, শ্যাম |
| পুং ঈশৈগী তেঙবাংদা : | রাজো, যদুমনি, বসন্ত, ঈনাওচা |
| মৈ : | মনি, ললিৎ |
| পাউ অমদি চেফোঙ : | লুখোয়া, দিলিপ |
| লমজিংবগী তেঙবাংদা : | এস, কে, মঙাং; ঈবোচৌবা। |

# ৱাহৌদোক

মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তিনা খৃ: ১৮৭৪ দা জিলা দরবার চৎপগী থৌদোক্তা য়ূমলেনবম পেনা খোংবা পাখংলাকপা মহাক্না পুর্ণচন্দ্রসিংহ খুমুজমচা পণডিতকি মখাদা য়োইরেনলেংনাফাং অমাই নাকলৌশিন অশে লেংনা তিন্না ৱাকমা তেংথা শঙগী (পেনা লোইশঙ) মোইরাং কংলৈরোনগী মরু ওইনা খম্বা-থোইবী ৱারী ঈশৈবু পেনা ঈশৈ ওইনা শক্নবা হৌরকখি। অসুম্না সুম চৎনবী ওইরকখি ৱারী। চৎনরকলবা ৱারীদা পাক হেক হোংদোকপা নত্রগা শীঙনবা ৱাই, চৎনরম্বশিং অচুম্বনি লোইনা লৌনৈ। কোনফৈ অসি ৱাংমা লানবা লুই। অদুনা খরা হেন্না চুমগদবা অমা মহুৎ শিনজিনবা অরুবনি। অরুবগী অরুবা ঙাক্তা ওইবনা অয়াম্বনা মায়হন্নবদা তারকখি। অখঙ অহৈবু য়াহন্নবা হায়বসি হোৎনবা চঙঙি; হোৎনবিবা খূদোল থৌওই ৱাওই লৌবীদবনা নম্মী। খঙনদুনা তা'নদুনা চুশিন্নখ্রবা কয়াবু লাল্লে হেক হায়রুবদা য়াবীগদবা মীশকসু তাঙঙি। থিরিবা হূমলিবা পূন্নমকসু মমুৎ তাদবদি য়াদে। অচুম্বা অমা পুথোক্নবা হোৎনবদা অরানববু শকখঙবা, অচুম্বগী মরক্তা অরানবা খন্দোকপা হৈবা, লাল্লবশিং খুদম পীদুনা উৎপা অসিনচিংবা শোয়দনা চঙঙি। লমদমসিগী অমদি মীওই কাঙলুপ অসিগী ওইনদি মমাংঙৈগী অইবা অফোংবা লাইরিকশিংদা য়েংলুরগসু অমগা অমগা মান্নদবা, মথক-মখা ওন্নবা, চীনথাং-পুথাং ৱারীদা অনিং অনিংবা থেংনা থেংনবা হাপচিল্লম্বা ওইনদা থেংনবনা অচুম্বা পারি-পুরি অমদি লেঙ্গাশিং লেপ্পদা চনৈনরকই, অপনবা ওই। অদুনদি কয়াদি লুপ্রে, থিবনা ফরিবরা থিদনা তোক্লসিরা ৱাহংগী ৱাহং ঙাক্তনি।

য়ান্নমক নত্রবসু অমতং লাল্লমাল্লে হংলুবদা মীকানদুনা য়ৈথৎপিবনা হাল্লি ঈথকথোংবা মায়চৌশিং। চহিগী চৈজীঙ লেপ্পদা মৈতৈ নিংথৌশিংগী চৈথাবা হৌদ্রিঙৈগী, খজিক মীতারুবদা লাল্লে খল্লবা মথম্মোয়না খুমনিংদে চুমথোকনিংদে. ইশ্রবনি অদুনা চুমলবনি হায়বদুদা শিখাং খাঙলকলি। ঈথক থোংবা অহলশিংনা তম্বিরম্বা খূদোলশিংদগী মচা ওইবা ঐখোয়গুম্বনা ঙাতাংবগুম

চিংথ-নানথহৌবা খরা মাদুনা হূমদুনা তমজবা খূদোলদা মতীক মাপা চাদবনি হেক্তা লৌবী। থৌবু অমা ওইনা ঈশিংপগী মরৈ পায়বা ঙমগদবসু নত্তবনা পূন্নমকপু কিজে।

অনীশুবা লানজাওগী মমাংদা পোক্তুনা মোইরাংদা চাউরকপনা, মোইরাংগী মরম, মোইরাং কংলৈরোনগী শৈশকশিং— পেনাদা, খোঙজোম পর্বদা অমদি অফোংবা ফোংদ্রিবা লাইরিক কয়াদা হেন্না মমুৎ তানা খঙনিংনা থিবা হৈনবী ওইরকখি। ঈশাগী শাগৈ মাইরেম্বম, নিংথৌজা শলাইগী ৯শুবা মৈদিংঙু শামৈরাংনা পোকপা মৈদিংঙু উরা কোনথৌবা অমসুং ঈবুধৌ পুংমাই; ঈবুধৌ পুংমাইনা নিংথৌ ওইদবনা মাইরেম্বম শাগৈ ওইখি। মোইরাংদা খুনদাখিবদি :- মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বা (৩৭ শুবা) হৃকতক্তা শেনবী তুমু মনিল নাইবগা মৈতৈ নিংথৌগা লৌতুনদুনা মোইরাং নিংথৌ সনাহোংবগী মথক্তা পূন্না লানদাবদা মোইরাং চহি মঙা খুনতাকখি। মোইরাং চহি মঙাগী মতুংদা মৈতৈশিংনা খুনদাদুনা নৌনা লৈশেমখি। মতম অদুদা মাইরেম্বম শাগৈসু য়াওখি।

অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা অমসুং 'খম্বা-য়েলহৌ' ইবাফাওবা (১৯৭৬), লৈখিদ্রবা ঈপু (ঈমা মরিদা) অমুয়াইমগী মফমদগী মোইরাং অমসুং খুমনগী ওইবা শৈশকনরম্বা অমদি যাত্রা ওইনা শান্নখিবা কয়া হনজিন হনজিন তাদুনা, য়েংলক্তুনা, হংজদুনা চীন্দা-পাউদা য়াওন্নরকপা কয়ানা লংলা লংজিন ফংজখি। লমজিং অসিগী মাখাদা লৈখিদ্রবা ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহগা নক্লজবা ফংজখিবা লাইবকনা পাঙ্গল অমমুক হাপ্পীখি। লৈখিদ্রবা অনীগী খূদোলদা 'খম্বা-য়েলহৌ' অসি ফোংজবদা ঐহাকনা থিরুবা থেংনরুবা খরদগী ব্রাহৌদোক ওইনা মতাং চাবা চাদবা থিদনা, খম্বা-থোইবী ব্রারী থোকখিবরা থোকখিদবরা থোক্লমগনা করম্বা নিংথৌ হাকতক্তা ওইবা য়ায় অমদি য়াওহল্লিবা মীশকশিং খূৎশেল্লা অসিনচিংবগী, তুংগী মীরোলনা হেন্না মমুৎ তানা থিরক্লবগী পাম্বৈ অমা থম্বতনি।

'খম্বা-য়েলহৌ' ড্রামা ওইনা হোৎনবীবা কোরাস রেপাটারি ঠীয়টর, ইম্ফাল অমসুং পদমশ্রী রতন থিয়াম পূন্নমক্কী লমন তোল্লে।

## নৈনবা হৌবা

**।১। মোইরাং নিংথৌ চীংখু তেলহৈবগী**
**মতমদা খম্বা-থোইবী য়ারী থোকখি**
**হায়নবশিং ১ সুং অচুম অরাল ।**

।১:১। শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনা ইরগা ১১।৮।১৯৬৯ ইংদা ফোংবা 'অরিবা মণিপুরী সহিত্যগী ইতিহাস' লমাই ৩০ দগী :-
*"খোইরেনতাক্তা খম্বনা কৈ ফাখিবসি মোইরাংদা ঈয়াং পুরিকলাই চীংখু তেলহৈবনা পানবা মতমনি । চৈথারোল কুম্বাবদা হায়বা মতুং ইননা চীংখু তেলহৈবনা মোইরাংদা পানবা মতমদা ইম্ফাল কংলৈদা মৈদিংঙু থাংবী লানথাবনা (খৃ: ১৩০২-১৩২৪) পাল্লি"*

।১:২। 'চৈথারোল কুম্বাবা' -লা: ৭ তা ইরিবনা :-
*"মৈদিংঙু থাংবী লানথাবগী মতমদা চীংখু তেলহৈবগী মচা নুপী য়োইরেন তোমপোকপীবু পীদে হায়বগী হি তোংদুনা লোক্তাক্তা লাল শোক্লবদা মৈতৈনা ঙমখি ।"*

।১:৩। 'খম্বা-থোইবী পুন্সি য়াবী', অহানবা শকক য়াহৈ অমনীদং হায়বা (১৯৭৯) শ্রীহৈস্নাম মঙ্গোলজাও সিংহগীদা অসুম্না ইবি :-
*"মোইরাং কংলৈরোল নিংথৌরোল ইবা পুয়াদা ইরি, লাইগী নিংথৌ তবেৎকি মতুংদা মীগী ২৫ শুবা নিংথৌ চিনখু তেলহৈবনি, মাগী হক্তক্তা খম্বা থোইবীগী য়াবী থোকখি ।"*

২৫ শুবা নিংথৌ হায়বিবসি ৭ অদুগা তীনশিন্নববদি ৩২ শুবনি । অদুম ওইনমক ৩৩ শুবা ওইনা পা'নবশু লৈ, মবমদি ঙাংনিংশিংগী ময়াম্বা ঙাংহুনথোকতগী ১ হায়না পারগা ২ শুবদা ঙাংনিংশিং থমলগা ৩৩ শুবা তায় । মসিদা নৈনবা অসি য়ুম্ফম ওই ।

।১:৪। লৈখিদ্রবা ওইনাম ভোগেশ্বব সিংহগী 'নিংথৌলোল লমপুবা'- ১৯৬৭, লা : ১৮০-১৮৭ তগী শমলপনা লৌখৎপা লাল অদুগী মবম :-
*মৈদিংঙু থাংবী লানথাবগা মোইবাং নিংথৌ তেলহৈবগী মচানুপী য়োইরেন তোমপোকপীগা নুংশিনবা মবমনা থেমলুনবা হাউবা লমলাংখোমলৌ*

*লাইতোং ব্রাংখে লৌরেম্বম পীবাবু থারকখি। তেলহৈবনা মচা নুপী পোক্তে হায়দুনা পীরকখিদে। লৌরেম্বম পীবানা হল্লকপদা তোমপোকপীগা তাউথোং লৌরেনবদা চাউহুই মরক্তা থেংনদুনা মৈতৈ নিংথৌদা কেগে থাংবী য়োইনৌ কোনদা লানদারকউ পাউচেনখি। অদুদগী লাল শোকনখি।*

।১:৫। লৈখিদ্রবা হিজম অঙাংহলগী 'খম্ব-থোইবী শৈরেং' লাইরিক্তা মোইরাং নিংথৌ চীংখু তেলহৈবা ওইহল্লি।

।১:৬। মথক্তা ।১:১। দগী ।১:৫। ফাওবদা খনগৎলিবশিং পূম্নমক মীয়াম্না য়ানরম্লবা, য়ানরিবা, লাল্লে পুথোকলগশু পাক হেক হোংবা ঝারগনি। চীংখু তেলহৈবগী মতমদা থোকখিবা নত্তে হায়বদুদি মখাগী পুথোকচরিবা অসিনা তশেং তশেংলগনি।

(১) 'খম্ব-থোইবী শৈরেং', লা: ১৩৮, অনীশুবা লাইরিক।

*"ঈথৌ য়াইমা অদুনা হেমাম নিংঙোল লৌদুনা পারেম্ববু পোকই হায়। তারিময়ুম নিংঙোনবু পারেম্বনা লৌদুনা পুরেম্ববু পোক্লগা, ঙাংখম নিংঙোল লৌদুনা পুরেম্বনা খম্নুগা খম্বা ঈচিন ঈপব্রা অনী পোক্লমই"।*

খম্বগী পারি পুরি অসি 'খুমনলোন' ১সুং 'শাগৈ শলাইবোলদা' য়াওরিবা খুমন শলাই, মাখাদা পীরিবা অসিগদি মিং খেন্নবা উগনি।

**খুমন শলাই**

(৯ শুবা নিংথৌ) খোনবানিংথৌবা
(ব্রাংঙমলোন নাওফংবা চনু মেৎপী লাইবী)
।
(১০ শুবা) লাইফেংবা
(ব্রাংঙমলোন কাইরৈমা)

[মথং লমায়দা]

(১১ শুবা) পুনসি যুমোইবা
(ঙানুবোল পিযাই-বোক)

। (১২ শুবা) নুংবান লুৱাং
শেনবা মিমাবা

(১৩ শুবা) যোইথোংঙাই
(ঙানুবোল কাইবৈমা)

**হাউবমহন** **হাউবম নিঙ্গোই য়াইমবা**
**(১ বা, লোইয়মচাবু অহোংবা চনু)**
।
**পলেমকোই**
**(লোইবেঞ্জম চনু)**
।
**পুবেম্বা**
**(ঙাংখবৈমা ফোইদিং লম্মিৎচুম্বী)**
।
**অদোন খম্বা**
**(ঙাংঙোই ঈৱংলোন থোইবী)**

**(১৪) হাউবমতোন**
**(ঙানুবোল)**
।
**(১৫) মেনপোম্বা**
**(ঙানুবোল)**
।
**(১৬) থোংলৈবোম**
**(ঙানুবোল খাইথিবা চনু)**
।
**(১৭) চীংখোং থোঙ্গ্রাইবা**

ফোংলবা 'খুমনলোন' ১সুং 'শাগৈ শলাইবোল' অনীসিদা যাওবিবা খম্বগী পাবি পুবি অসিনা চুল্লর্বাদি চীংখু তেলহৈবগী মতমদা থোকখি হাযবসিমক ককচবে লৌবা যাবে। মথক্কি খম্বগী লেঙ্গা অসি ১৭ শুবা খুমন নিংথৌ চীংখোং থোঙ্গ্রাইবগী মতমগা চানবগনি। খম্বগী বাবী থোকখি লৌবা চুমগনি।

নিংথৌ চীংখোং থোঙ্গ্রাইবা অসি অশুক্কী মতীক মশক নাইনা 'মোইবাং লমবুবদা' ১২ শুবা নিংথৌ উবা খুনদাবগী মতমদা থেংনৈ। অতৈ ৱাবী, খুমন-মোইবাং-মৈতৈ শিংগী ওইবদগী যেংলগদি মতাং অমুক চানদে, লান্না ইশিনবা ওইগনি। মসিগী মতাংদা তোংঙালনা মখাগী।২। দা নৈনজবি।

(২) 'মৈতৈশিংগী মহৌশাদগী শাগোন্নদুনা লৈজবক্লবা মশান্নশিং'

ডা: ৱাংখৈময়ুম বুধ সিংহ- অহানবা ফোংবা ১৯৯২, লা : ৩৫-৩৬ ।

*"অখং অহৈশিংগী মততা খম্বা-নোংবানগী মতম অসি ১১ শুবা ১সুং ১৫ শুবা চহি চারোনগী মরক্তা পীনৈ । শাগৈ শলাইরোন ১ সুং খুমনলোন নৈনবদগী ফংবদি খম্বগী মতমসি থেংলবদা ৭ শুবা চহি চারোলগী তংখায় লোইবনি । ......... । খুমন নিংথৌ য়োইথোংঙাইদি পুনসি য়ুমোইবগী মচানি, মৈতৈ নিংথৌ উরা কোনথৌবগী মচা নাওথিখোং (৬৬৩-৭৬৩) গী পোকপা মতমগা চাউরাক্না চানফম থোকই । ...... খম্বনা চহি ২৫ শুবা মতমসি ৬৭০ দা ওইফম থোকই। .................. চপচানা ইতিহাসকী মতম লেপ্লসিদি থিজিন্নিংঙাই মরম খরদি লৈরি ।"*

পুথোকচরিবা অসিনশু চীংখু তেলহৈবগী মতমদা খম্বগী ৱারী থোকখিদে হায়বা মথক্তা পীরিবা অদুগা মান্নবনি। পুনসি য়ুমোইবগা নাউথিংখোংগা চাউরাক্না চা'নফম থোকই-হায়রিবসি তশেংবা চুম্মী পুথোকপা তারগদি মখাগীসি পুথোকপা তায় ।

'পরিষদকী অরিবা মণিপুরী ৱারেং লাইরিক', সম্পাদন- শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, ১৯৭২, লা : ৫৪

*'নাউথিংখোংনা খুমন নিংথৌ পুনশি য়ুমোইবগী মচা নুপী খয়োইরোন কৈরুহাংবী লৌদুনা খুমনদা য়াওং ইনখি । খুমনদা য়াওং ইল্লিঙৈদা মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই সনা লাকখ্বাগী মচা নুপী কেগে মোইরাম্বা চনু লৈমা নামনচাউবীবু লৌখি । (খুয়োন হাউবা লাইরবনা থাবা ৱা হোংবা লাকপদনি)'*

অদুনা নিংথৌ অহুম অসি.মতম অমত্তা ওইরবসু নাউথিংখোং মম্মহাক ওইবগী চহিদনি। খম্বগী চহিবু খৃ: ৬৭০ অদুৱাইদা লেপ্লিবসিনদি নাউথিংখোংগী মতমদা তারে হায়বনি। মসিদসু হেন্না কুপথবা চংলি। চৈথাবা হৌদ্রিঙৈ মমাংগী মতম লেপ্পদা চৈথারোল কুম্বাবদা য়ুম্ফম ওইরিবসিগী লানগদবশু মতুংদা ।৪। নৈনজরি ।

**।২। খুমন নিংথৌ চীংখোং থোঙ্গাইবনা পানবা মতমদা মোইরাংদা করম্বা নিংথৌ পাল্লম্বা য়াই ।**

।২:১। মোইরাংগী ১২শুবা উরা খুনদাবগী মতমদা লোকখা হাউখাগী মথক্তা

লাল থেংমিন্নসি হায়দুনা খুমন নিংথৌ চীংখোং থোঙ্গ্রাইবগা পূন্না লাল চৎখি। মোইরাং লম্বুবদগী।

'পরিষদকী অরিবা মণিপুরী ৱারেং লাইরিক'- লা : ৭-১৩।

*'খুমন নিংথৌ চীঙখোঙ থোঙ্গ্রাইবনা লম্যাংদোংদা পানবা মম্মহাক নিপা ফানতেক শোকনাইবগী মথক্তা লানদামিন্নসি হায়না মোইরাংনিংথৌ উরা খুনদাববু লাল নেক্নুনা খুমনগা মোইরাংগা অনীনা পুন্না লানদাদুনা ফানতেক শোকনাইববু মায়থীবা পীখি।'*

খুমন শলাইগী মথক্তা পীজখিবা অদুদগী উগনি মদুদি:- চীংখোং থোঙ্গ্রাইবা অসি ১৭ শুবা নিংথৌনি। ১১ শুবা নিংথৌ পুনসি য়ুমোইবগা ১৩ শুবা মোইরাং নিংথৌ সনা রাখুৱাগা মতম অমত্তগী নিংথৌনি মথক্তা উৎখ্রে। অদুগা অমুক ১৭ শুবা খুমনগীগা ১২ শুবা উরা খুনদাবগা অমুক লেংগানি হায়রগদি- কদায়দনো অমদি চাউনা অশোয়বা লৈরে। থোকখিবা ৱারী অদুনা চুমলবদি, খুমনগী নিংথৌ অদুনা ১০ শুবা লাইফেংবা ওইবা য়াবা অমা নত্রগা মোইরাংদনা ১৮ শুবা কেগে নিংথৌ তোনব ওইরম্বা য়াবা অনীসি চোংথোক্লকলি।

অদুনদি খম্বগী ৱারীসি মোইরাং নিংথৌ ১৮ শুবা তোনবাগী মতমদা থোকপা য়াবা অমসু লৈরে।

**।৩। মোইরাং নিংথৌলোনদা য়াওরিবা**
**তেলহৈবা মীংশিংদা য়ূম্ফম ওইরগা**
**করম্বা তেলহৈবগী হক্তক্তা খম্বগী**
**থোকলম্বা য়াবা।**

।৩:১। ১০ শুবা নিংথৌ ঈৱাং তেলহৈবা, ২৬ শুবা লাইজিংখু উরা তেলহৈবা অমসুং ৩৩ শুবা চীংখু তেলহৈবা অহুম অসি ফংঙি। অকোনবগী অনী অসিগী মতমদা ওইথোকলরোই হায়বদি মথক্তা নৈনখিবদগী উৎপ্রে। মীংদগী ওইরগদি তেলহৈবা অমনা নিংথৌ ওইবা মতমদা থোকখি হায়বা খম্বগী ৱারীনা চীনথাং-পুথাং য়ৈনা লাকখিবনা অমদি ইনরকপগী মতমনা কায়ন'থঙদা লাকখিবনা থোকলম্বা তারগদি- অহানবগী ঈৱাং তেলহৈবগী মতমদা থোক্লমগদ্রা হায়বা হংনিংঙাই,

ওইনিংঙাইসু লৈরি। অদু ওইরবদি খুমন চীংখোং থোঙ্গাইবগী মতমগা হায়বদি খুমনলোনগী খম্বগী মতমগা অমুক চানরক্তে। কয়াদি চায়েৎনরে। থোক্লমদবদা অমুক তারবরা ?

।৩:২। 'খম্বা থোইবী পুন্সি বারী' দা অসুম্না ইরি :-

*"শৈশক ৭ অসি কুপ্পথিরবদি ৯ থোক্লা লৌবা য়াই। ৩ অমনা লাইগী শাইয়োল, ৬ অমনা মীগী মপোক। ..... খম্বা-থোইবী লাইগী শাইয়োন্নি।"* লাইগী ওইরবদি থোকখি হায়না লৌবদা লানগনি।

নাকল অমরোমদসু, থোইবীবু ইকোন কোনবা পান্থোইবীগী শায়য়োলনি হায়দবসু নত্তে। অনিং অনিংবনি।

## ।৪। চৈথারোল কুম্বাবা হায়বা লাইরিকনা চৈথাবা হৌদ্রিঙৈগী মমাংগী চহি লেপ্পদা চীংনবা ।।

।৪:১। মৈদিংঙু নোংদা লাইবেন পাখংবা, ১বা নিংথৌদগী মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বা ৩৭শুবা ফাওববু লমাই ৯ গী মনুংদা লোইশিনবা মরম্না চৈথাবা হৌদ্রিঙৈগী মমাংগী নিংথৌশিংগী চহি হাপ্লিবসি চিংননিংঙাইনি। মরম অমনা, *"তখেল রামচরনগী কুম শকাব্দ ১৭০২ অসিদা শ্রীশ্রীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা কাঞ্চিপুরদা লৈরিঙৈ মতোল ইবুংঙো আনন্তশাই খ্বাইরাকপদা চৈথারোল মাংগ্রববু অমরক লিংহৌএ। লাইরিক অসি ইবদি চিরোম শ্যামরাম, ওইনাম অনন্দরাম ২ মকপু ইহললে।"* (লমাই ৯) লাইরিক অসি নৌনা ইখিবা মরমনা চিংননিংঙাই ওইরি।

।৪:২। লমাই ১দা য়াওরিবা *"পাখংবনা নিংথৌ ওইবা চহি ৪৫ শুরকলবদা শাকাব্দ অমা হৌএ।"* হায়বসিনা য়ূস্ফম ওইরগা নিংথৌ কয়াবু চহি ১২০, ১১০, ১০০, ৯০, ৫০, ৯০, ১০০, ৮৯, ৯০, ৪৮ নচিংবা পালহনদুনা খৃ: ১৪৮৪, হিয়াংলোইনা চৈথাবা অসিফাওবগা শমনহল্লিবা অসি থিজিনবা চংলি।

।৪:৩। সিমিনার অমদা অখণ্ড অহে অমনা মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবগী মতম অসি ঙল্লবদা ৭শুবা চহি চাদা ওইথোকপা য়াবগী বাফম

পুখৎলকখি। মসিগী ৱাফম অসি, মথক্কি নিংথৌ ১০ (১২০ দগী ৪৮ ফাওবা) চহি ৩০ দা তেল্লগা চহি ৩০০ নি লৌরগা, অতৈ নিংথৌ ২৮ গীনা (চৈথাবা হৌদ্রিফাওবগী) চৈথারোল কুম্বাবদগী লৌরগা (লমাই ৬৯৩ ১সুং ৬৯৪) পুন্না ৫৪৩; তীনশিন্নরগা (৫৪৩+৩০০) পূন্না ৮৪৩। চৈথাবা খৃ: ১৪৮৪ দগী ৮৪৩ খাইদোকলগা খৃ: ৬৪১ দা মৈদিংঙু পাখংবগী ওইবা য়ায় অসিনি।

।৪:৪। খৃ: চহি চা তরেৎতা ওইরম্বা য়াই হায়বা অমনা :-

আর, সি মাজুমদারনা ইবা হিন্দু কোলোনিজ ইন দি ফার ইস্ট (১৯৬৩) হায়বদুদা হিন্দুশিংনা বর্মাগী লমবু শিরিশ ক্ষেত্র কৌরম্মী। মসি মাশাগী ঈটশিং কৌজদুনা পীয়ু হায়বা কন-থৌরবা কাঙলুপকি খুনদাফম ওইরম্মী। ৭শুবা চহি চাদা মোন ১সুং খেমরনা মরমান কাঙবুদা লাল পাংদুনা পীয়ু কাঙবুবু ঈটশিং লমদগী তানথোকখি। মারমানশিংগী লম ওইহৌরবদা অমুক সাহেবশিংনা পাললরবদা বর্মা হায়না থোনখি। পীয়ু কাঙলুপকি অপূনবা তোঙালবা ময়েক লৈজরমখি। অচৌবা সহর ৯দা নিংথৌ তোঙোলনা লৈবাক লৈঙাকলমখিবনি। মশক নায়রম্বা কাঙলুপ অসি ৭শুবা চহি চাদা মালেমসিদা মমিং মুৎপ্রে। মখোয়গী ময়েকনা ইবা স্টুপা অমদি চাইনাদা য়ুংলি হায়রি।

লৌখৎচরিবা অসিনা য়ূস্ফম ওইরগা, ঐখোয়গী ময়েক অসি পীয়ুগী ময়েক্কা মান্নরমগদরা, নিংথৌশিং অদুনা লানজেল্লকপা মতমদা ঐখোয়গী লমদম হৌজিক্কা মণিপুর কৌরবা অসিদা তোংঙাল তোংঙাল খুন্দাখিবরা অসিনচিংবা থিজিননিংঙায় ওইরকলি।

**।৫। খম্বা-থোইবী ৱারীদা শক্তম লাঙলিবশিং**

**মরু ওইবা খরা খনগৎলগা শাজিনবা-শেমজিনবা**

**খনদোক্লবা হোৎনবা :-**

খম্বা-থোইবীগী ৱারী শাগৎপদা, অকন অথৌগী, নুংশি-নুংওনগী, শান্নবা মশান্নশিংগী, কল্লক য়েংথিগী, লমন শিংবগী, লম হেনবগী, লাই তীনগী, ওইজ ওইথক্কি, মীনম শোরিগী, কেবা মৌবগী, লেংলি পাল্লিবগী অসিনচিংবা কয়াগী খৃৎশেন্না- মোইরাংদা থোইবীগী কাংখোঙদা খুমন অমসুং লুৱাং অনীগী

নীংঙাই শাংদন্নবগী থৌরি চীংনহনবনি। (নোংবানবুসু- নুংবান হায়গদবনি অদুনা লুব্রাং ওইনা লৌবদগীনি)। কুম্মৈ ওইনা মোইরাংনা য়েংবতনি। হৈশিংলবা খুৎশেম কয়ানা হেন্না মপূং ফারবা ৱারী অমদি ঙসিদি ওইরে। চুম্নতগী মপূং ফানবা শেম্বদা মাশা ওইবা শক্তম কয়া মতেক-মচেৎকি থৌদোক কয়া ফেনজিনবা হায়বসি চৎনবনা মফম-মতম-মমীংগী শেরান্নবা য়াওরবসু ৱারীগী শারেপ তানবদা শাহৌগা ঈরোইমিন্নরকপনি কায়দে অদুম লৌনৈ। তৌবতদি ইতিহাসকি মিৎয়েংদা য়েংলগদি চাউনা শোয়বা কয়া থেংনৈ।

ৱাফম অসিগী, মখাদা শক্তম খরা খনগত্তুনা লংলা-লংজিন খরা থি'নবা হোৎনরি।

## খম্বা

খম্বা হায়বা মীং অসি য়াম্না কৌনবা মীং ওইরম্মী।

১। খম্বা হাওরোক, খম্বা শেন্দাং- নিংথোলোল লমপুবা- লা : ৬৮।

২। খম্বা শেনদোং, খম্বা লারক- চৈথারোল কুম্বাবা- লা : ৪।

৩। খম্বা য়ূমলেনবী চনু- নুপীদসু অদুম খম্বা কৌনরমবা- মোইরাং লম্বুবা।

৪। নিংথি খম্বা- নিংথি চীংদা মোইরাংনা ঙমখিবা অমা।

৫। খৌবুম খম্বা- পুনশিবা খুরেনচনবনা খৌবুম লানদাবদা ঙমখিবা।

৬। খুয়োন খম্বা লাইরবা- তৌবুন লম্মহন থোনবগী ৱারীদা।

'খম্ব-থোইবী শৈরেংদা' খম্বগী অতোপ্পা মমীং খরা :-

১। নোংয়াইতোন ২। নাওরেনতোন ৩। ইবোতোন ৪। নিংথৌবা ৫। শাজৌবা ৬। তোলেন ৭। খুমন লৈকোই নিংথৌবা ৮। খুমন কংলা নিংথৌবা ৯। খম্বতোন ১০। য়ূরেনজম।

'শাগৈ শলাইরোলদা' য়ূরেনজম অসিদি :- হাউরম নিংগোয় য়াইমবগী অনীশুবা নুপী ঙনুরোল কাইরৈমানা থাংলৌহৈবা, থাংলৌহৈবদগী য়ূরেন খম্বা, য়ূরেন খম্বদগী য়ূরেনজম শাগৈ থোকখি হায়না ইবনা খম্ববু য়ূরেনজম হায়বা লানগনি।

## খুমন শালাই

১৪ শুবা খুমন নিংথৌ হাউরমতোনগী ময়াম্বা য়াইমা, হাউরম নিংগোয় য়াইমবা
(নুপী অহন লোইয়ামচাবু অহোংবা চনু)

।

পলেমকোই
(লোইরেনজম চনু)

।

পুরেম্বা
(ঙাংখরৈমা ফোইদিং লম্মিৎচুম্বী)

।

অদোন খম্বা
(ঙাংঙোই ঈব্রাংলোন থোইবী)

পুরেম্বনা শিপ্রবদা, খম্বা খম্নুবু নিংথি চীংদা কবুই নিংথৌ শলাংনা পাখং লৈশাবী ফাবা ফাওবা য়োকখি । খম্ববু মোইরাং মচাশিংগা লম্বা ঙম্নবা শেমলকখি । মচিল মনাও অনীগী করি অমত্তা ব্রাৎহনখিদে হায়বা ব্রারী তাকপিরম্মী । লাইরবা খম্বা নত্তবা অমা শাগৎনবা হোৎননিংলি ।

## থোঙলেন

খম্বা থোইবী ব্রারীদা মোইরাংগী অচৌবা অকনবা ফম্নাইবা অমা ওইনা শরুক য়াহল্লি । মীং অসি করম হায়না পুশিল্লকপনো থিবা তারবদি মখাগী খরা অসি পুথোকপা য়ায় ।

শাগৈ শলাইরোলদগী ফংবা অমনা :-

**লুৱাং শলাই**

লুৱাং পুনসিবা
(৩শুবা নুপী য়ুশিললৈমা শিনুং হাউবা চনু)
।
১০শুবা শুথাং
কম্পোং অমুকোই
(মোইরাংথেম নিংঙোল কাপসি)
।
হয়িং খোইচা অথৌবা (থোঙলেন)
(হাউনু কৈশিতোনবী)
।
খুচুপখাং তোরা

'মোইরাং লম্বুবা'-দগী অমুক য়েংলগা :-

ককলেন নোংদম শুজা মোইরাং কাপসি অথৌবা মোয়ু তল্লোই মরূপ্বী হাউনু কৈশিতোনবীবু নুংবান ফানতেক লাল্লোই ৭মক্লা হূয়েন মখোয়গী মরান তানা লূরক কাংদৈ থিখিরবগী মথংলেন ককলেন নোংদম শুজা মোইরাং কাপসি অথৌবনা মরোঙ চেনৱাইনা টিমেন চেন্দান্না হূয়েন লনতানখিয়ে। মপারি নাৱা অখুবনা মপন লৈরাং অমনবীগী থিকলেন অরেম্ববু খোমহুকনা খুৎপি লৈরাং অতিংঙাবু হংগা চুপনা পাউতোইনখিয়ে। কোরৌ অদু নোংগীবু খূচুপ চৈমিয়াং নুংবান খুমুকচাম্বও কৌএ। মোইরাং কাপসি অথৌবনা অচেন খঙলৈয়াংনা হূয়েন লানতাল্লকপদা লুৱাং লাল্লোই ৭ মক্লা অৱা পোৎথাবা লাল্লোই লমদনবদা মরোঙ মথানা টিমেন ঙাইখাঙননা মখোমলেন তৃমলম্বা মিৎয়েং নাউশুমলম্বদা তানফংলরে। মোইরাং কাপসি অথৌবনা লুৱাং লাল্লোই ৭ মক্কি তাংজ মশমতোনবু শমলাং মশেন কিশিন্নরে। খোকলাং মখূৎশুনা

খাংতপ য়েনা য়াহৌথোকলবগা টিমেন মখূৎশুনা উনবি থনুং থিংনা চৈপিরে । লুৱাং লাল্লোই ৭ মকপু লূরক কাংদৈ থিনা তাংজ লূরেল ককলে ।

ৱারী অসিমক থোঙলেনদা পানসিন্দুনা- থোঙলেন লাল্লোই তানবা কৌদুনা য়াওহল্লি ।

মোইরাং লম্বুবগী মতুং ইন্নদি - মোইরাং লৈশেমঙৈদা, থোঙলেন হয়িং খোইচা অথৌবগা কেগে কয়াপাগা খুয়োন য়াংখোংজাম্বা অহুমনা য়িম্বি চাউরবা মপাম্বি ফুক্লগা মফম হোংনা থারগা লৈশেম্মি । অসুম্নশু ই ।

## ফৈরোইজাম্বা

লুৱাং নুংবান চাউবা নোংথোম্বগী মচা ওইহনদুনা, খম্বুবু মহাক্কি ওইনা লূহোংগনি, খম্বগী মতেং ওইবা মবাই ।

‘খম্ব-থোইবী শৈরেং’ দা ফৈরোইজাম্ববু

*‘খোইনাইজমগী খোইদৌরেন*
*খোইনাই উনবু চনুগী মপারি ।’*

মোইরাং লম্বুবদা- ফৈরোইজাম্বনা শেৎপা ফি অমা থাবদা:-

*“পাখং নাম্বফি চৈরৈ অরাকতম্বা মানলৌ য়ুংনা হৈবা ফিনা শমুঙক্তো কিনা নোংমল্লগে হায়না নুংবান ফৈরোইজাম্বা মহৌ লোইকা ফি নানবা শিননৌতাক শানফোংতানবা ফিনা শমু ঙক্তোকিনা য়াউরৌ শাপন পনদোন থক্তো য়ান্না নোংহামখিয়ে ।”*

খম্বা থোইবী ৱারীদা য়াওরিবা ফৈরোইজাম্বা অদুমক্লা অদুগা খুমন শংলৌরেম্বী অসিবু খম্নুমকলা থিবা চংলি। খাখোংতোন অসিনা চাউবা নোংথোম্বা ওইগদৌরিবরা মখাগী শলাইরোলদা য়েংসি ।

শাগৈ শলাইবোলদগী ফংবা অমনা :-

## লুৱাং শলাই

লুৱাং পুনসিবা
(৪ শুবা নুপী হাউকুলৈমা)
।
৪ শুবা শুথাং
কোকপা
(মোইবাং চনু নুবৈকোইবী)

খাখোংতোন — ফানতেক

খাখোংতোন
(খিংখিং হৈবি পুংদোংবচনু)
।
কৈবোইজাম্বা
(১। মোইবাং চনু স্নবিক ২। খুমন শংলৌবেম্বী)

## অঙোম নিংথৌ

নোংবান (নুংবান) পোকপা মপানি । কেগেগী অচৌবা ফম্নাইবা ওইহল্লি । খদ্রাকপশু ওইহল্লি, অঙোম নিংথৌশু ওইহল্লি 'খম্ব-থোইবী শৈবেংদা' । অঙোম নিংথৌ হাযবা ফম মোইবাংদা লৈতবা ফমনি । ফম অসিমকতি মৈতৈ নিংথৌগী মখাদা শেমখিবা অমনি । অঙোম নিংথৌবু লুৱাং চাউবা নোংথোম্বগী শাগৈগী মচিল মনাওগুম শাগৎলি । অদুনদি শোযদনা লুৱাং নুংবান শাগৈ ওইফম থোকই । নোংবান ১সুং নুংবান খেন্নবা খঙলমদবদগী অচৌবা অশোযবনি ।

## চাউবা নোংথোম্বা

ফৈরোইজাম্বগী নৈনবা মতাংদা য়াওখরে । ফৈরোইজাম্বগী মপা ওইহনবনিনা খাংখোংতোন অদু ওইগদরা অসিনি । ফানতেককা পোক-মিন্নবনি । ফানতেক অসি লমলাংতোংদা পাল্লম্বা নুংবান ফানতেক শোল্লাইবা অদু ওইগনি । মহাকনা খুমন নিংথৌ চীংখোং থোংঙ্গ্রাইবগী মচা নুপী হাওরৈমা ফাবীবু লৌখি । মোইরাংদা উরা খুনদাবনা পানবা মতমনি । মসিদগী লৌরগা খম্বা থোইবী ৱারী উরা খুনদাবগী মতমদা থোকলম্বা হায়বা অমসু লৈ ।

থাজনবা অমনা চাউবা অসি কৈদা (কৈশুমশং) লৈরম্বা নুংবান লাল্লোই (টিঙখল) অমনি । মহাক লালগী হৈ শিংবদগী মফম নাইহনখি । মৈদিংঙু পুনশিবগী মতমদা মোইবাং লান্মী 'লম্মচাউ'- (চৈথারোল কুম্বাবা-লা: ৮) 'চাউবা যাইখ্বসু' (নিংথৌলোল লমপুবা- লা: ২১৬) য়াওবা থেংনবদগী 'চাউবা লুৱাংসু' হায়না শাগৎলম্বা ওইনিংঙাইনি ।।

## নুংবান
## (নোংবান)

অঙোম নিংথৌগী মচানি । কোংয়াম্বা হায়নসু কৌনৈ । মোইরাং লম্বুবদা কোংয়াম্বা হায়বা অমদি থেংনৈ- থায়াং মীচাউবনা নিংথৌ ওইবা মতমদা, খোইরি তোনজাওশুনা লেমলৈ ঙা ফাহন্নবা অদুগা হাওবোক পানবীশু ৱাবা পানদম্বা কোংয়াম্ববুনা শা তাল্লুনবা থাখি । তোনজাওশুনা ঙা য়াম্না ফাঙমখিদে অদুবু কোংয়াম্বদি শা য়াম্না ফারে তাবদগী অহিংদা তোনজাওশুনা লোন্না চত্তুনা শা থাদোকখি । নোংঙাল্লকপদা শা লৈরমদ্রবদা- নিংথৌনা হাৎলগনি খনবদগী কোংয়াম্বা থৌবি য়ান্দুনা শিখি ।

নোংবানবু কোংয়াম্বা কৌবসি মথককি মীং অসিদগী লৌবরা অসিনি । খম্বা থোইবী ৱারীদা নোংবান কৌবিবা অসিগী মহুত্তা নুংবান ওইগদবনি হায়বগী মবম খরা :-

(১) অঙনবা মতমদা মোইরাংগা অঙোমগগী মরি ফংদে।

(২) লুৱাংবু - নুংবান। অঙোমবু - নোংবান। খুমনবু - নোংয়াই।

মৈতৈবু - পোইরৈ। মোইরাংবু - ঈৱাং।

নুমিৎনা পোকপা (থোক্লকপা) মায়কৈদা পানববু - নোংবান।

নুমিৎনা ময়াই ওইবা (নোংমগী ময়ায়) লমদা পানববু - নোংয়াই।

নুমিৎনা চুপ্পা (তাবা) মায়কৈদা পানববু- নুংবান।

নুংবান ১সুং নোংবানগী চাউনা খেন্নরিবা অসিবু ইরাই লাইনা অয়াম্বনা লৌনৈ হায়বসিদি শেংলবনা, নুংবান হায়গদবদা নোংবাননা মহুৎ শিনখিবনি।

লুৱাংলোন য়েংলবদি- নুংবাল চাগনয়াংবা হায়বা অমা থেংনৈ। মসিমক নুংবান ওইগনি। মখাদা পীরি।

**লুৱাং শলাই**

লুৱাং পুনসিবা

(১বা নুপী ঈবেম নাউশংখু)

।

৪শুবা শুথাং

অমু পামচৌবা

(মৈদিংঙু নাউথিংখোং চনু)

।

অমু হেহিং

(২শুবা নুপী চেংলৈশু)

।

নুংবাল চাগনয়াংবা

(৩) নোংবানগা ফৈরোইজাম্বাগা শাগৈ অমত্তগী মচিল মনাওনি শাগৎপনা, লুৱাং ওইফম থোকপনা নুংবান্না চুমফম লৈ। চাউবগী মতাংদসু পনখ্রে। কোংয়াম্বনা মীং ওইরগদি - নুংবান কোংয়াম্বা কৌবনা চুমগনি।

## তোরো

অঙাং নৱা অখুবা (অতোনবা) নত্রগা অরানববু-'তোরো' হায়না খঙনৈ । মরেম (মরিং) লোন্নি, মোইরাং লম্বুবদা থেংনবদগী মীং ওইনা লৌখৎলম্বা য়াই । নোংবানগী মচল ওইহল্লি ।

## খম্নু

*'ঙাঙৌ পাত্তা পোম্বা লৈ*

*চেংগৈ পাত্তা শাংপা লৈ ।'*

*— 'খম্ব-থোইবী শৈরেং'*

খম্বগী মচেনি, ফৈরোইজাম্বদা থাজবা, ঙাংখলৈমনা পোকপা, নিংথৌ ঈনি । খুমন শংলৌরেম্বী ওইনা ফৈরোইজাম্বগী অনীশুবী তালোই অদু ওইগদ্রা হায়বদু মথক্তা নৈনম্রে । ঙাঙৌ অমসুং চেংগৈ তোঙান তোঙানবা লৈকায় অনীগী মীংনি ।

## ঙাংখরৈমা ফোইদিং লম্মীৎ চুম্বী

ঙানখা হায়বদগী ঙাংখ লাকখি । কেগে ঙাংখ লমজাউদা ফোইদিং (চরোৎ) মরক্তা শান্নরম্বা লাইরেম্বী অমনি । ফারগা মোইরাংদা য়োকখি । 'খম্ব-থোইবী শৈরেং'দা খোইনাইওনবু চন্নুনি ইরি । পুরেম্বদা নিংথৌগী মচাগুম অওং অউন তমদুনা থাজখি হায়নসু ই । লৃহোংবা মতমদা ঙাংখরৈমা থাবুম অহুমগী নিংথৌ ঈনা খম্নু ওইনবগী মীরোনখি ।

ৱারী অমদা:- ঙাইতে লৌকোননুংদা খোইমোম লাইরেম্মা ৭ না লাইজ ঈশিংদা ঈরোইদুনা শান্নরিঙৈ নিংথৌ মুংয়াং চাউবনা থেংনদুনা কংফালদা থমলম্বা ফি হুরানদুনা পুরকখি । ফি পীউ হায়না ৭ মক্না চাউবগী কংলৈ মশুমাংদা ঙাইখি মমৈথংদা সারারেনগী মচানুপী সনা খোমদোনবু চাউবনা লৌহৌরগা অতৈ ৬ কি ফি পীরগা হলহনখি । মসিদা য়াওরিবা সনা খোমদোন অসি ঙাংখরৈমা নি হায়নৈ । মখোয় অনীনা ফৈরোইজাম্বা পোকখি, য়োকখিবনা নুংবান লুৱাং চাউবনা য়োকখি । ফৈরোইজাম্বগা খম্নুগা লৌনখিদে, অসিনচিংবা ।

## চীংখুবা

মোইরাং ঈৱাং পুরিকলাই চীংখু তেলহৈবগী মনাও চীংখু অখুবা, থোইবীবু পোকপা, নিংথৌগী মথং খনবা, চীংখুবা হায়না খঙনৈ।

ৱারী অমদা, নিংথৌ ফম পাম্বনা থোঙলেন অমসুং পুরেম্বগী মায়য়োক্তা চাউববু কৈশুম থৌ কোকহনখি। পুরেম্বা শিহন্নবা শারৌ শেমখি। থোঙলেন্না কন্না নিংথৌবু ঙাকপনা নিংথৌ ফম মুনবা ঙমখিদে। নুংবানদা অমুক তোংখি, খম্বা নিংথি চীংদগী হল্লক্কুনা ফাওগৎলকখি। খম্ববু হাৎনবা কায়ারক শিনখি, মায় পাকখিদে, অসিনচিংবা। অদুনা হান্নগী ৱারী অসি হোংলকখিগনি।

## থোইবী

চীংখুবনা লংমাই নিংথৌ চনু এংখুরাংবী লৌদুনা থোইবী পোকখি (খম্ব-থোইবী শৈরেং)। খম্বগী নুপী।

।৬। **শক্তমশিংগী অপূনবা মশক অমা লেপ্পবা হোৎনবা :-**

খম্বা:- খুমনলোনবু চুম্মী লৌরগা, পুরেম্বগী মচা, খুমন নিংথৌ চীংখোং থোঙ্গ্রাইবগী মতমগা চা'নবা মতমদা পোকপা, হেক পোকপগা কবুই শলাং নিংথি খুনগী খুল্লাকপনা পাখং ফাবা ফাওবা য়োক্লগা মীনাই মীশন য়াওনা মোইরাং লাম্বা ঙম্নবা থারকখিবা, মোইরংগী ফম্নাইবা ওইদুনা ঈৱাংলোন থোইবী লৌখিবা খুমন নোংয়াই মচা অমা।

ফৈরোইজাম্বা :- নুংবান লুৱাং শলাইনি, কোকপা ১সুং মোইরাং চনু নুরৈকোইবী অনীগী মশু নুপানি, মপানা খাখোংতোন (মোইরাং কৈদা লৈরবা মতুংদা লুৱাং চাউবা হায়না খঙনবা), মখুরানা লুৱাং নিংথৌ লম্মাংদোংদা পানবা চীংখোং থোঙ্গ্রাইবগী মচা হাওরৈমা ফাবী লৌখিবা ফানতেক। মতম চানৈ, মোইরাংদা লৈরমগদবা মাল্লি, মবোক্তগী য়েংলগা। খম্বগী মবাই ওইবা য়াবনা - ফৈবোইজাম্বা মোইরাং চনু স্নরিক লৌরবা মতুংদা খুমন শংলৌরেম্বী লৌই হায়বনা অমদি খম্নু অসি শংলৌরেম্বীগী অতোপ্পা মীং ওইরম্বা তারবদি, চুমগনি।

চাউবা :- ফেরোইজাম্বগী মপা, লুৱাং নুংবান শলাইনি। অতোপ্পা মীংনা খাখোংতোন ওইবা তাই, ফানতেককি ময়াম্বনি। মোইরাং কৈগী থৌদা কোক্লগা ফম নাইদুনা নোংথোম্বা ওইখি । লুৱাং টিঙখল (লাল্লোই) ওইনা ফাখিবনি । টিঙখল মকোক্কি হায়বসিদগী হয়িং খোইচা অথৌবা থোঙলেন লাল্লোই তানবগী ৱারী হাপচিল্লকপনি।

থোঙলেন :- লুৱাং শলাইনি, লুৱাং পুন্সিবগী ১২শুবা শুথাংনি, চাউবনা ৬ শুবনি অদুগা য়ামদ্রবদা চহি ১২০ থোঙলেন্না চাউবদগী নৌবনা থোঙলেনবু ৱারীসিদা হাপচিনবসি মতাং চাদে। অদুম ওইনমক 'শাগৈ শলাইরোল' অসি অচুম্বা ওইরগদ্রা থিবা অমা চংলি। অনীসিগী চুমথোকপা তংঙাইফদে। 'মোইরাং লম্বুবদদি' ১৪শুবা নিংথৌ লৈয়ু পুনসিবগী মমাংদগী হাউনু কৈশিতোনবীগী ৱারী, 'করু শমজি লমদাইথেৎ' কৌখিবগী ৱারী লৈবনা, 'শাগৈ শলাইরোন' অসিগী লুৱাং শলাই অসি লানবা চুম্বা থিবা তারি। অইবগী ওইনদি থোঙলেন খম্বগী মতমদা থম্বদা কায়দে মরমদি লম্বুবনা হেন্না থাজবা থম্মী।

নুংবান :- নোংবানগী মহুত্তা নুংবান ওইগনি, লুৱাং শলাইনি, অমু হেহিংনা চেংলৈশু লৌদুনা পোকপা নুংবাল চাগনয়াংবা অসি ওইগনি, ফৈরোইজাম্বগী লেঙ্গানি। খম্বগা লাম্বা য়াবা অকনবা ওইগনি। অঙৌবাচনু অমসুং ৱাইবেকপম চনু অনীনা মাগী তালোইশিংনি। মাগী মপা অমু হেহিং অসিবু মোইবাংদা ফম নাইহল্লম্বা য়াই । অঙোম নিংথৌ ওইনা লান্না শেমজিনবনি।

মোইরাং নিংথৌ :- ১৮শুবা কেগে নিংথৌ তোনব ওইগনি। মরমদি খুমন ১সুং মোইরাংগী নিংথৌলোল লেঙ্গা লেপ্পদা চা'নবা থিবদনি।

।৭। শম্ভুপ্পা শ্বারী

## খম্বা য়েলহৌ

*ঙাংখগীদি লমজাউদা চরোং ফোইদিং মরক্তা*
*শাহিং ঙাহিং চাদুনা শাউচেক মরোলখঙ*
*লৈশা কাংদোং ফারবী ফোইদিং মরক চেল্লম্বী*
*চনু অমা ফারকখি পুরেম্বগী খোঙবুনা*
*নিংথিচীংগী খোঙচত্তা লোইপোং থৌবা চংপদা ।।*
*কেগে মোইরাং লৈবাক্তা চনু লোইশঙ লীংদুনা*
*তাইবং চীঞ্জাক পীজখি মীগী মীরোল তম্বীখি*
*জগোই খূংথেক হৈহনখি চনু লোইশঙ ঙাল্লকখি ।।*
*উরাংমৈদি খ্বাংনৌবা মোইরাং পাখংশিং ঙাওনখি*
*চনুরা লোইশঙ মমাংদা চীকনা চায়না ঙমখিদে*
*ফম্লাইবদি তোকঅসি নিংথৌফাওবা লেংলকখি ।।*
*র্তোবুংশাদান চংঙৈদা পেনখ্রদুনা লাইজিংনা*
*পুরেম্বদা থাজখি অওং অউন তমদুনা*
*হাপখি মাবু খদ্রাকপী পুরেম্বনা খদ্রাকপা*
*চাকলোন কংপা নুমীত্তা থাংজিং লাইগী লাইমাংদা ।।*

*লুব্বাং টিঙখল তরেংনা নোংদম তালোই হাংপগী*
*লম্মন ওইনা হাংলকখি তরুকখক্তি ফংদুনা,*
*তরেংশুবা টিঙখলদো চাউবা কৌবা নুংবানদো*
*চীংখুবদা চংজখি কনখি লাইজিংলেম্বীনা ॥*
*চাউবা মাবু হাংকনি ব্রাশকথোকখি পুরেম্বা*
*মরুপ ওইবা নোংদমগী অশাউ মীপু লোম্বদা*
*ঙমদ্রগনা শিগনি ঙমদবদি তাত্রবা*
*শায়দাংলুবা ওইবনা কনবীনবা য়াওখিদে ॥*
*শিবদদি তারবা ব্রাশক চেংপা পুরেম্বা*
*খুমন শায়দাং খমগেখন মহাকথক্তা ঙমদ্রবা*
*মচা হাক্তক ঙম্নবা খম্নু-খম্বা থোল্লম্মী,*
*মচা অনী শীন্নখি মরুপ ওইবা শলাংদা*
*অমং য়াইথোং কুল্লমদাই নুঙয়ুংবীদা ফুল্লমদাই*
*অশুম্নাসুম ব্রারীওই খম্বা অমা য়েলহৌখি ॥*

ব্রারীসিগী থৌদোক্তি ৩৫শুবা মোইরাং নিংথৌ লাইজিং উরা খোঙজোম্বা লাইজিংলেম্বী পীদোংনু অনীগী মতমদা শাগৎলি। (নিংথৌগী মহুত্তা 'লাইজিং' অদুগা নিংথৌ লৈমগী মহুৎতা 'লাইজিংলেম্বী')। তশেংবা খম্বগী মতম করম্বা নিংথৌ হাক্তক্তা থোক্লমগদগে খঙদবদগী, য়েৎননবগী মচাক অমা ওইনবা খুৎশেম অমমুক হাপচিঞ্জখিবনি, পান্দম অসি চুমখি; কয়া শাউবীরকখি, পাম্বৈসু পীবীরকখি পূন্নমক্কি, লমন তোনশিঞ্জবা ফংজখি।

ইম্ফাল — মনি মাইরেম্বম

তাং ৭।৫।৯৩ ইং

## শক্তমশিং

**লাইজিং** মোইবাং নিংথৌ উন্না খোঙজোম্বা

**লাইজিংলেম্বী** মোইবাং লৈমা পীদোংনু

**চীংখুবা** মথং খনবা, লাইজিংগী অয়োকপা মনাও

**পুরেম্বা** খুমন, খল্লাকপা ওইখিবা

**নোংদম** থোঙলেন ওইগদবা

**চাউবা** লুৱাং টিঙখল মকোক

**শলাং** কবুই নিংথি খুল্লাকপা

**ঙাংখচনু** ঙাংখ লমজাউদগী ফারকপী, খল্লাকপী

**য়ূরেঙাম্বী** ঙাংখচনুগী নুপামরিগী মনাও

মাইবীশিং

মাইবশিং

ফম্নাইবশিং

ফম্নাইবীশিং

মোইরাং লাম্মীশিং

কবুই লাম্মীশিং

লুৱাং টিঙখল ১

পাম্বা কৈশিং

চনুবাশিং

পেনা খোংবা

লোইশঙমচাশিং

মোইরাং অমসুং নিংথিচীংদা শাগৎপা

## অহানবা হৌবা

*কুম্মৈশংগী ফম্বাক অমদি অয়েংবশিংগী ফম্ফমদা থাল্লম্বা মৈশিং মথহল্লে। ফম্বাকপু খল্লম্বা মায়খল হাইদোক্লে। শান্না চৎপা মৈ অমা খ্বাংমুক্তা ংনা মুসি মুসি পীক্লা তাশিন্না- ওইথংবদগী য়েংথংবরোমদা কাপ্লকপা মঙালদুগী মপালাক্লুনা য়েংতগী ওইরোমদা লানমী ৭কী পরেং থোক্লকই; কোক্তগী থিরগা মরীশুবা অদুনা ফম্বাক্কি ময়ায় হেক য়ৌরগা পূল্লপ লেপ্লী, ময়েংবরোমদা মায় ওনশিল্লগা খূকউনা লৈতারগা চূঙনা মশা পূম্বা খল্লী; চূঙ াদিং কৈগী মমায় য়েকপঙাক্লি; তাশিং তানিংনা মখাদা ওম্ভরগা পায়; হেক মথবগা তপ্না তপ্না পূংজাউ শেনবুং অমদি শরিক চপ মান্ননা নেম্না য়ৈরম্বদগী থং মথং হৌগৎলকই; তপ্না তপ্না নেম্না মখোল হম্ভরকপদা ময়াম অদু অমুক মথবকই; পূমচিক অমুক চীকই; শেনবুংদগী ওইবা মখোলনা— অমা, অনী, হুম মশিং কক্লা; পূংজাউনা মতুংদা— দোং-দোং - দোং; ময়ায়গী অদুনা শৈ হন্না অদুগা অতৈ নাক য়েংকি অহুম অহুম অদুনা শৈখুম্লকই। মতাং তাংদা শেনবুংনা জ্রেং-জ্রেং পীনা মরক খায়]*

### লাম্মী তরেৎ

।.... অদুঙৈগী ৱারী অমা থৌগঞ্জগে.....
কগে মোইরাং লৈবাক্তা ৩৫ শুবা লাইজিংনি
ঙ্গিবগী মপারি উরা নহা খোঙজোম্বা
দেং কাদা চাউরকপা তোনু মানা নাউয়োকপা।
াইজিং মানা পাল্লকপা কূমগী কূমশিং ফাদ্রিঙৈ
নাংচুপ চীংশাং লমহেল্লক মোইরাংলোইদি কারক্রে;
কগে কংলা ফমদুনা ৱাতা'নরে লাইজিংনা
াঙ্গলবা অমা খল্লকই নোংচুপ চীংশাং লোইচনগে,
মনচাদি পুরেম্বা মঙোন্দদা মতারে....।
মগী ফমথোল কাহল্লে খদ্রাকপা ফমদি ফমহাপলে,
মাইরাং তম্বা চাতরেৎপু নোংচপ চীংশাংলান্দারু
ণন্নবীরে লাইজিংনা কংলা চোন্না তীনবদা।
শম শারক্লে পুরেম্বা লালগী লালকোক চীংনবা।

## অহানবা তাঙ্কক । মতেক-১ ।

*[ লোইশঙ খাংজেং । মোইরাংগী তম্বা চাতরেং লোইশঙ খাংজেংদা মখূংচাবা খূংলাই— থাং-তা-চূঙ পায়দুনা শেম শানরম্বা অহিং । হান্নগী মশাগী ফম্বাক মথক্তা ফুট ৪ পাকপা ফুট ১২ শাংবা ফম্বাক ফুট অনী ৱাংবা - মনিং ওইনা থাবা ফম্বাক অমগী ময়ায়দা ফিরাল- অঙৌবা, অঙাংবা, অমুবা, লৈতেংবা অমা য়ুংঙি; ফিরাল মখোঙদা পুরেম্বনা পায়গদবা লাইগী কোম্মায় য়েকপা চূঙ অমগা তা অমগা ঙাই; ওইথংবদা মনিং ওইনা তা অহুম খাংতপ্তা পূল্লগা মায়কৈ অহুম ফাক্তোক্লগা য়ুংঙি; মৈনম পায়বা অমা চংলকপদা লম্মী ৫ — থাং ফেংবা, তা ফেংবা, চূঙ শেম্বা মথং মথং ময়েক শেংলকই । হান্নগী পুংলোন কায়দে ]*

**লাম্মী অম'বা**

খঙদ্রে নাবা ঈবো ! তৌদৌরিসে ?
কূমসি পোইনুসু লেন নংগ্রে ।

**লাম্মী অনীবা**

চাথোক ফৌথোক ৱাৎপনে, লৈবাক অসি ৱাদৌরি ।

**লাম্মী অহুম্বা**

তম্বা ঐখোয়সে লালগী কোকথোং পুরনি !
মায়চৌনা হায়খিবদো- চুম্লরেদো ।

**লাম্মী মরীবা**

লালগী লানপুং তারবদি নিপা থৌদি হীকতোকফদরেদো ?

**লাম্মী অমবা**

করি মায়কৈ পাংগদৌরিবগে ?

**লাম্মী অহুম্বা**

হায়নবতনি তারিবা। নঙসু ঐসু অমহানি।

**লাম্মী মঙাবা**

নোংনা চুপ্পা মায়কৈনি ! নোংচুপ চীংশাং পাংদৌরি।

**লাম্মী অনীবা**

ঙসি কংলা ব্রারোল থোকপ্পবদাইনে লাইজিংনা ?

**লাম্মী তরুকপা**

করি মমিং হায়য়ে নোংচুপ চীংশাং লাকপদুবু ?

**লাম্মী মঙাবা**

লাইজিং পুন্সিবা হাক্তক্তা 'কায় পুবা' হায়না মীংখৈবা, কায়বু খংবা মায়বদো মহাক্তুগী মচানি, 'শলাং' ! হায়না মীংখৈনা কবুই নিংথি থেন্দা পাল্লিয়ে !

**লাম্মী অম'বা**

এ: মহাক্তুদি ? হৌখি চহি খরা'মাং ব্রাথোক ওইনখিবা হাউবদুনিদ'না।

**লাম্মী অনীবা**

কবম্বা হাউবা ? .. এ: নিংশিংলকলে ! নিংশিলকলে ! ঙারিয়াল খুল্লাকপগী মমোমলোই মোইরাং যৌনা শোন্নবী 'তীংথৌরৈ' ফায় ! হায়বদু নত্রনে ?

*[পায়রিবা থাং অদু মথন্নতা ব্রা ঙাঙনা ঙাঙনা হাইবম্বদগী অম'বদা ঙাকথোকউ হায়রগা থাং য়ানশিল্লকপা, অম'বনা ফাবা]*

**লাম্মী অম'বা**

হোয়নে, হোয়নে ! তীংথৌরৈদো থাজেদনা খৌবুম খুল্লাকপগী মচা .......
চীংথংদা ?

**লাম্মী অহুম্বা**

ফজবনিদকো শরিশো ! তীংথৌরৈদো... মোইরাং খোরী কৈথেলদা নোংমা উহৌই ঐসু। মোইরাং চনুনা কৈদৌনি আ: !

*[লানমী মঙাবা তপ্না চংশিল্লক্লগা]*

**লাম্মী মঙাবা**

য়াম্না ফজবরা ? *[খংহনবা]*

**লাম্মী অহুম্বা**

হায়রিবাসিমক্তদা ! *[ময়াম কোইশিল্লকপা]*

ষঙ্গোম অনৌবদু মৈদা লোল্লবদি মপাল কারকইদনা

*[ময়াম:- কারকই ! কারকই খুম্বা]*

ষঙ্গোম মপাল অদু মাগী কুচুনি !

*[ময়াম- অস: অস:, ফজরম্নী-ফজরম্নী !]*

মখাজায়দুদি ..... আ: - মোইরাং কৈথেলদা ঈমা ঈবেলশিংনা লৃকমায়দা থেন্দুনা য়োন্নবা হৈতুপ অমুনবগী তঙাং তঙাংবা অদুদগী মাগী মখজায়না থাগাই অমা ..... *[মখুৎনা তল্লগা]* ঙাংশং হেক ঙাংলদনা !

**ময়াম**

হেরা ! অদুক য়াম্নদি হেল্লম্মোইদা ?

**লাম্মী মরীবা**

হকচাংদুদি থাদ্রবসু য়ারে, পেনা শকপদগী তাজরুরগে। নাবা নঙসু পেনা তমগে তম্মোনে ? নুপী হেক মাল্লদনা ? লাল চত্তুনা ওইররোই তোকও!

**লান্মী অনীবা**

নুরা'ন'গা থম্বাল মানবীদো... *[থাং অনীনা পেনা চৈজীঙ শারগা]*

**ময়াম**

ফজে ! ফজে !

*[লাম্মী অহুম্বনা মহাকপু করেম্নরক্লবোই লৌরদুনা অনীবদা থাং য়ানশিল্লকই চান্না তান্ননা, অনী ঙাইহাক য়াম্নে]*

**লান্মী অহুম্বা**

তৌনুকো ? য়ান্নমন্দদুনা থাংসি মথৌ হল্লবনি ! *[য়ান্নবা তোক্তে]*

**ময়াম**

*[ময়াম চংদুনা খামদোক্লরগা অহুম্বদা]*

হো থম্বাল মতৈ ! হা: হা: হা: লীংজেল খারেদা হা: হা: হা:

*[ময়াম লোইনা নোকপদা অম'বনা খাম্বা]*

**লান্মী অম'বা**

নখোয় লোইনা চীংশাংলাকপা ওল্লগেরা ? কবুই শলাং মহাক্লা তীংথৌরৈগী খূদাং খূজি পাম্বোমফা হুক্তোক্তুনা চেল্লে; ঙারিয়ান খৌবুম অনী পূনবগা শলাং মথন্তগা লালথেংনরে; শলাং মানা ঙমলে; চীংশাং লাকপা ওইরে। অদুদগীদি-মোইরাংফাওবা শীঙনদুনা লোইপোৎফাওবা কারক্তরে।

**লান্মী মরীবা**

অদুগীনিনে লালসে ?

পুরেম্বনা লালকোক চীংগনি হায়রিবসিবু শোয়দ্রবরা ঈতাও ?

**লাম্মী মঙাবা**

চেংগৈ পাংলেন তাবনি । লৈরোইহঞ্জবা ফমদগী খদ্রাকপদি অপানফম, থিন্দোকপীখরে লাইজিংনা পুরেম্বা মাগী তমদুনা, হয়েং ঈনুং ঙানবদা পুরেম্বা মানা লালকোকচীং তম্বা ঐখোয় চাতরেৎনি মাগী খোঙলোই ওইদৌরিবা, হা ? কিনিংঙাইদি লৈতেদো ।

**লাম্মী অম'বা**

অথৌবগী মচানি পুরেম্বনা পোক্লম্বা,
খুমন নিংগোয় য়াইমগী মশুনিনে মশু ।

**লাম্মী মরীবা**

খুমন মহাক নত্রবদি মোইরাং ফম্নাইবা লৈত্রবরা ?

**লাম্মী অহুম্বা**

খুমন য়েকপু ওইরবসু মোইরাং ওইরে পুরেম্বা, মোইরাং নিঙোল মশুনি ।
মঙোন্দগী থৌববু কেগেসিদা য়াওবরা ?

**লাম্মী মরীবা**

খোমদোন খূৎচুম্বদিনা ?

**লাম্মী অম'বা**

খোমদোনদি ওইপ্রে চীংখুনহা খূৎচুম্বা ।
মনাওঈবুংঙো ওইবগী মথংখনবা ওইদুন, লাইজিংগী ওইদা ঙাল্লিয়ে !
করম্নদি খোঙলেংনি ?

*[পুরেম্বা চংলকই, খড্রাকপগী ফিশেংলি, পাফল অপাকপা হাপ্পা ৱাগী উতোং অশাংবা অমা য়াল্লগা। লাম্মী ৬শুবা অদুনা তা খৌশারিগী শোয়বা উরদুনা অশোয়বা তাক্কে চংবদা খড্রাকপনি খঙলবদা খুরুম্বা, পুরেম্বনা উতোং অদু শীন্নরগা তা লৌবা অদুগা তা খৌশাবা; ময়াম্মক ঙক্লা য়েংবা, খৌশাবা লোইরগা তা শীন্নরগা— উতোং লৌরগা পাফল তীংথোক্লবা শেম শাবা; পুংগী মখোল য়াম্না তপ্পা থুং-থুং]*

**পুরেম্বা**

মোইরাং ঈচিল ইনাওসা ! কোইশিল্লকউ অশোমদা !

*[ময়াম কোইশিল্লগা পাফল য়েংবা]*

মৈগী মৈচম ঙালহল্লু ! পাফল অসি উনবা।

*[লাম্মী মরীবনা মৈচম পুশিল্লকপা]* নোংনা চুপ্পা মায়কৈগী নোংচুপ চীংশাং পাফলনি, 'সিনা কেগে কংলানি, *[মখুংনা থীল্লগা তাকপা, নুংঙাইতদুনা থাং অমা লাম্মীদগী লৌরগা থাংমতোন্না তাকপা]* হয়েং ঈনুং ঙানবদা শালাউ লাল্লাউ লাউদুনা খাংজেংদগী শাহৌনি !

**ময়াম**

য়াম্না ফগনি অঙম্বা।

**পুরেম্বা**

নোংচুপ মাযকৈ পাংনবা লোকলেন মরিল লীগনি, ঙাংখ লমজাউ ফাওগনি, ফোইদিংনা লেপ থুম্বালম ! য়েংঙুসে উরবরা হায়না ? মসিনা লোকলেন মরিলনি, মসিনা ঙাংখ লমজাউনি। ঙাংখসিবু ফাওরগা খাগা ৱাংগা চীংলিবা পাফলসিগী ময়ায়-চৈজীংসে— অতোঙবা শাবনগী পরেংনি, শাবনসিদবু লেপ্লবা নোংগাংলোক্কি মরিন্দি ঈচাউ চাউনা উরনি।

**ময়াম**

নোংগাংলোক !

**পুরেম্বা**

**উম !**

**নোংগাংলোক্কী মরিনসি মীরগা মরিনসিনা খল্লিবা চীংগী চীংখায় কারগা মতোলদনা পূমপাকপাক ! নীংথি থেলনি শলাংগী । অৱাংথংবা চীংদোম্না লাইমতোন ফৌরুংবা, মখাথংবগী চীংদোম্না ঈবুধৌ থাংজিং চীংদোম্নী, উরবরা ঈচিল ঈনাওসা ? হয়েং ঈনুং ঙানবদা খোঙশানগেকো শরিশো !**

**চীংশাং লাকপা হাপ্পবা শারঙ থৌরাং !**

**খঙলেদনা ঈচিল ঈনাওসা ?**

**ময়াম**

**পায়মা লৈতানা খঙজরে খদ্রাকপা !**

**পুরেম্বা**

**পাফল নিংথিনা লোইশিল্লু......**

**অদুগা ঐগী চূঙ-চূঙলেন টিমেন তা পুরকউ !**

*[অমনা পাফল লোইশিল্লি, অমনা ঙারিবা চূঙ-তা পুরক্লগা পুরেম্বগী মতুংদা লেপ্লী]*

**ঈচিল ঈনাওসা ! ঙসি লোইদৌরবা ঈনুংসে পোত্থারুরো ময়াম্মক ! হয়েং কোরৌ নোংজা নোংনা পোকপা মায়কৈদা নুমীৎকি মশেক্লা লাকপদা লালগী লাল্লাউ লাউদুনা নোংচুপ মায়কৈ পাংসিকো !**

**ময়াম**

**য়াম্না ফগনি অঙম্বা !**

*[লোইনমক খুরুম্লগা থোক্লখিবা, পুরেম্বনা তুংদালেপলিবদগী চূঙ-তা লৌই । পুরেম্বা তা পায়রগা খুরু খূদক লৈতানা থাংজিং চীংদা মমায় ওল্লগা খুরুম্মী. সেনবুংগী মখোলনা ঙাঙলকপা মতাংদা, মতাং চাননা রৈ]*

**পুরেম্বা**

হে: হকচংতা ! অরোনতা !
থামংখোং করাংখোং মতং খোজনেন অঙদা ফবা তা !
মতোল সনা নম্বা, নুংজেংবানা মখোক পানবা তা !
শাঙাঙ্গা-লানথাঙ্গা ঈকুৎচাজবা তা !
হয়েং ঈনুং ঙানবদা খোঙশানশিকো ।

হে: থাংজিং কোয়রেন নিংথৌবা !
শাংজোম্বা নিংথৌবা !
চাউহৈ লেনবাক কুহেনবা ঔলগী ঔল্লু লীহনবা !
য়াম্বী ঔল মক শিন্দবা !
নিংখোম য়াইখোম কবা নাই !
মখাথংবা শঙ্খোককাদা ঔন্নু ঙাকপা, নাইমু ঙাকপা ঈবুংঙো !
ননাই ঐঙ্কপু কুবিন্নুকো !
*[মৈ মুংখবিবা, পুংনা শিনহৌবা]*

## অহানবা তাঙ্কক। মতেক-২।

*[ঙাংখ লমজাউ, অয়ুক, পুরেম্বনা মোইরাং লাম্মী পুদুনা লমজাউ ফাওরকপা]*

| **লাম্মী অম'বা** *[লাওবা]* | **ময়াম** *[খুম্বা]* |
|---|---|
| নোংচুপ চীংশাং | লান্দসে ! |
| নিংথি থেন্দা | লান্দাসে ! |
| লাইজিং লোইপোৎ | মৎলুসে ! |
| কবুই শলাং | লোইচনসে ! |
| মোইরাং খুঞ্জাও | লৈচাউসে ! |
| পাঙ্গনবসু | ঐখোয়নি ! |
| লান্দা থৌবা | ঐখোয়নি ! |
| পুরেম্বনা | লমজিংলি ! |
| মোইরাং লাইজিং | য়াইফরি ! |

*[মৈ তপ্না তপ্না ঙাহ্থোরকই, অথাপ্পদগী অনকপদা নকশিল্লকই খোঞ্জেল]*

**ময়াম**

*[ঈশৈ]*

নোংনা চুপ্পা মায়কৈদা ঝাঝা নিন্না পাংলকলি,
লম্বী লমদাং ওইরক্লি ঙাংখ লমজাউ ফাওরকলি,
মীয়াম মীনিল তাবদা ঙাংখ শজি মচাশিং
মায়কৈ খঙদা চেল্লকলি, মীপাইনরি লময়ায়দা ।।

*[মথক্কি ঈশৈ অসি হন্না হন্না লাম্মীশিংনা শক্লগা চংলকই । মনিংগী ফম্বাক মচাদুগী মথক, ফোইদিং ফিশেংনবী চনু অমা তুমদুনা লৈরম্বদগী অরাংবা লাম্মীশিংগী মখোল তারকপদগী শজি মচাগুম মমিং তথক তথকলকই, কোয়চেন চেল্লি মাবু উবদা লাম্মীশিং খংনদুনা চেম্থোক্লরকই, তাই থুং-থুং- তাই]*

**ময়াম**

হৈমা: তু ! আদগীসে ? মীরা ? লাইরা ? লমলৈমনি ! হেলোইনি !
লাল লাকপরা হায়ববু লমলৈমা ওক্লদুনা শিরনি ! চেন্নরসে !
*[চেন্নরকপদা পুরেম্বনা থংলগা]*

**পুরেম্বা**

মোইরাং ঈচিল ঈনাওসা ! করি থোইদোক কীফদে ! মোইরাং ঈখুল ঙাংখনি । লাইবু ওইরে ফাগ্রসি কোয়না চেন্না থংচিল্লু ! মায়কৈ শোমদা হোইবকউ ! চঙনা নম্না ফাসিকো ঈবুধৌ লাইমাং য়ৌহনসি, চৈবী চৈথারুগনু, ব্রানা শাথেংলুগনু— ওইগী লমদাং মাল্লিদো— চৈবী চৈথা য়াদেকো !
*[ময়াম চংদুনা কোইথং থংলগা পুরেম্বগী মাংদা হোইজিল্লক্লগা, পুরেম্বনা শা কৈ ফাবগুম লাক্লরগা ফায়, ময়াম্মক হরাউনৈ, ফাবগী মতমদা পুং কনশিল্লি, হেক ফাবগা পুং লেপ্পী]*

এ: অসিদি তাইবং মীনিদনা !
নুজা ওইবী চীংগোইয়ু ? ঈয়ুম কেগে মোইরাংলা ? করি য়েক্কি চনুনো ? তাইবং মীরোল খঙবরা ? কিগনুনে খুম্মুনে ! নতূ নাম্মা শোকলোইনে, কেগে ফমগী অপানফম, খদ্রাকপনিনে ঐহাকসে । কোলোই মীংনা করিনো ? করি য়েক্কি চনুনো ? সে ! খুম্মোনেসে ?
হে : খুমদ্রেদনা মসিদি...... কন্নররোই, মোইরাং ঈচিল ঈনাওসা ! লালগী লাঞ্জং থীল্লনি, মখূৎ অনী তুংবুল্লো ! চীংশাং লাকপা হাপকনি পুরকপা শারঙদো পুসিল্লকখো অসোমদা, শারঙদুদা হাপচিল্লু ! লালগী লালফা ওইহনসি । লালগী লাল্লাউ লাউখংলো !
শলাং মায়কৈ পাংলসে ! *[মৈ মুংথখিবা]*

## অহানবা তাঙ্কক । মতেক-৩

**ময়াম**

*[ঈশৈ]*

নোংনা চুপ্পা মায়কৈদা ৱাৱা নিন্না পাংলক্লি
ঙাংখ লমজাউ ফাওরকলে চীংগী চীংখোঙ য়ৌবক্লে,
মোইরাং লাল্লাউ তাবদা কবুই পুংজাউ থিল্লক্লে
চীংয়া তময়া ওইবদা লাম্বেংননি ঐখোযগা ।

*[মৈ ঙাম্থোক্লকপদা]*

**পুরেম্বা**

হায় হায় শলাং !

নিংথি থেনগী খুল্লাকপা মোইবাং লাইজিং মকাদা লোইরং শিঙখোং ওইর্গনি, পাজেং খূরৌ লংয়েৎনগনি খুনু মখোঙ শম্না লৌবগুম তৌরেল খাদা য়েৎকনি-চোংথোক্লকপা নহাক্লি ! নতীক থোক্তে নহাক্কি ! নথ্বাই শিগনি পাম্মুরবা, লাম্বেংনবগী মহুৎ লোইপোৎ কৎনি য়াজহৌ !

*[মনিংগী খরা ৱাংবা ফম্বাক্তা শলাংনা মমাং থানা কবুই লান্মী ময়াম লীরুং তেন পায়রগা লেপ্লকপা উরকপা]*

**শলাং**

শলাং ঈতিক খঙতপা, মোইরাং তমপা কনানো ? খুনুকুমনা খোংপরা ? লোইপোৎ পীররোই হায়রসু হন্না হন্না থৌপরা ? নরীন লৈরে য়ান্নসে ? কনানা ঙমপা য়েংনসে ?

### পুরেম্বা

অচা চা : নৱাংঙিদা শলাং ! তারেদনা চায়নবা ! চীংদা তোংবা নখোয়নি, তমদা তাবা ঐখোয়নি, মমাংথক্কি হক্তক্তা মায়থিগননি নখোয়দি। নখূৎ চাবা খূৎলাই পায়জরো ! কনানা ঙম্বনো য়েংনসি !

*[লাল হৌনবা, মথক্তগী কবুইশিংনা তেন কাপথরকপা মোইরাংনা চূঙনা তেন ঙাকপা, নকশিন্নদুনা অমগা অমগা থাংগা থাংগা, তাগা তাগা, মচি মচি য়ান্নবা; ময়ায়দা শলাং-পুরেম্বা তা চায়নবা হৌরমদায়]*

### শলাং

*[মথন্নতা শোঞ্জবা]*

শরূনা খঙকনি পীথ্রবোই, ৱাশকথ্রপা শলাং ঐ ! কিরে হায়না চেল্লরোই।
ঈতীঙ উৎকে খঙকনি, মায়থিত্রিপা ঐহাকনি....
*[লাউরকপা]* মোইরাং মচা কনানো ? শলাং ঈতিক উহনকে !

### পুরেম্বা

চীংদা তোংবা হাউবা ! কুমথরক্কেরা নহাক ? কাখৎলকউরা ঐহাক ? *[মথন্নতা শোল্লি]* লাকচথ্রবা পুরেম্বা শিরবনি শিরবা....
ঈপা ঈপু মীংচৎপূ শিথ্রবসু শিথ্রগে, ঙম্লে চঙনা ফাথ্রগে।
*[হকথেংনরবদা, পুরেম্বনা চূঙনা নম্লগা শলাং ফাবা, ময়াম লাল লেপ্পবা]*
চীংশাং লাকপা শলাং খূদুম চল্লেদো ঐহাক্কি ! লাইজিং কাদা য়েৎলবা নতীক থোক্রেদো হৌজিক্তি, কবি থোকই হায়দুনা মোইরাং লোইপোৎ পীরোই মহায়বা ? নথ্বাই ফাওবদি কনবীরগে ঙসিদি ! পন্থৌ মঙাই ওইবগী খাকপীরবনি নথ্বাইদো শলাং ! নাখে শেংলো শলাং !
লোইপোৎ পীবোই হায়রগা শারঙনুংদা কাগেরা ?

শলাং

অথৌপা ! নঙপু কনানো ? লোইপোৎকিদি লাইরিতো, অপামপতা খম্নপু পাথৌ হায়না মীংকৌকে, অকনপতি নহাক্লি, ঐপু ঙমপা নহাকনি । কেকে মোইরাং লৈপাকতা অকনপা অমা পোক্লে-খন নৱাংলুরপা ঐহাকনি, নখূপাক্তা মায়থিরে ঐ ! পন্থৌ মঙকাই ওইপকি ঐকি য়াইপী কনপনি পাথৌ নঙকি য়াৱাতো লামপা ফংতরে ঐ !

পুরেম্বা

কাওজন থিনা কাওইদা নিংথি খুনগী খুল্লাকপা ? নঙবু পোকপা পন্থৌদি কায়বু খঙবা মাইবনি, ঐবু পোকপা পন্থৌগা ঈতাও হায়না লেঙ্গোন্না মরুপ মঙায় ওইবগী নহাক য়াওনা কয়াবক লাকখিবদায়নে মোইরাংদা ? শক-খঙনখিবা নহাক্লি ।

শলাং

আ : নিংশিংলকলে পুবেমপা !

ঈতাও হায়না কৌকেকো ? *[অনী কোন্নবা]*

নুংজেংলেমপী ঈমাতো ঈপাকিনা পারেমপা, খুমননিকো চেংকৈকি ? কাওথোক্লুরে নাপনতা । নোংকাংলোককি মরিনলী, শলাংথেম্তা কাবসি, শানৈ যূনৈ লাংহনকে ননাও ওইপী 'তীংথৌবৈ' নতাও ঐকি হাওনুপী ঙাবিয়ালকি চনুনি, থাচপনি মপানা মরুপ মঙকায় ওইপকি খৌপুম লাকপকি মপারি চীংথং কৌপা পাখংতা; শলাং ঐনা থেংনরু তালোই ওইকেখন খূতাং খূচি পামপোমফা হুক্তোক্নুনা চীংলকখি; মশুং লাংকি য়ান্নখি চীংথং য়াওনা খৌপুমকা ঙারিয়ালফাওপা তোংপতা শলাং ঐনা ঙম্লুপা হেন্না ঈথোয় লমকেৎলু লাইচিং কাতা লাল্লুরে, ঈতাও কাতা মায়থিরে;

পূমপেল পেল্লে হৌজিক্তি । চৎলসি ঈতাও নিংথি থেনতা কারসি ।

*[অনী কোন্নবা, মৈ মুৎপা]*

## অহানবা তাঙ্কক । মত্তেক-৪ ।

*[লাইজিং উত্রা শঙলাংমৈ, লোইপোং পুরকপা, লাল ঙন্নকপগী লাউবা]*

**ময়াম**

কবুই শলাং— লোইচল্লে, লালগী লোইপোং— পুরকলে,

মোইরাং লাইজিং— য়াইফরে, পুরেম্বনা— মায়পাক্লে ।

*[লাউদুনা মোইরাং লাম্নীশিং হল্লকপা, চুঙ-তা পায়বা লোইশঙ মচা অমা অৱাংবা ফম্বাক মথক্তা লেপ্লম্মী, মমাংদা অচৌবা অৱাংবা ফম্নবা অমা থায়, অনেম্বা ফম্বাক্কি মমাংওইরপ্পা চুঙ-তা পায়বা অনী হঙ্গৎ হন্দা ঙাক শেনবগুম চংলম্মী; লাইজিংগী মতুংদা লাইজিংলেম্বী লোইশঙমচাশিং থৌগল লাংগন নুপীশিংসু য়াওনা থোক্লকই, ফম্নবদুদা লাইজিং ফম্মি, মমাংদা চংলম্বা লাম্নী অনী খুৱম্মী, লাইজিং মনাক্তা চংশিন্দুনা ফম্ফমগী ঙাক্লৌ ওইবা; পুরেম্বনা চংলক্লুনা লোইপোং মথং মথং পুশিলহল্লকপা]*

**পুরেম্বা**

ঐবু লোইবা লৈমাবা, লাইজিং থৌবু কোক্তা হাপ, নোংচুপ চীংশাং লান্দবা চংচরুবা ননাইবু ঈবুধৌ থাংজিংনা কৃবিরে, নোংচুপ চীংশাং লোইচল্লে, শলাং মাবু খৃদুমচন, লালগী লোইপোং পুরক্লে, মপুগী মীংয়েং তাবীয়ু ।

**লাইজিং**

পাথৌ ঈবুংঙো ! লাইজিং ঐনা ফমহাল্লা অপানফমদা থাঙ্গৎপা লাইজিং ঈমায় পাক্লেদো, খুঞ্জাও লৈচাউরনিদো । লালগী লোইপোৎ মরক্তা অপাম্বদা খনজৌদো; অঙম্বা নঙনা খোইদাবা নরাংয়ায়দা পুজখো । অসিমঙায় ঐগীদি অঙম্বা ননিঙ তমজৌদো ।

**পুরেম্বা**

ঐবু লোইবা লৈমাবা ! লালগী লোইপোৎ অপূম্বা মপুগী মীৎয়েং তাবীখো । মপুগী থৌগল ফংঙেদা লালগী লালকোক চীংহনবী থৌগৎপীবা অদুনা পেনজরবা ননাইনি । *[খূরম্বদগী হৌগৎলগা]*

মমাংথংবা পরেংসে তরেৎ শেনগী শেঞ্জানি মথংগী পবেং অহুম্না মরুনা মরু পোক্তুনা তমহঞ্জরকপা ফৌনিদো । কাওরেন ষঞ্জাও অচৌবা মচি নাম্মনা ঙাংশংঙাং মচিনাম্মনা ঙৌবোক ঙৌ চীহৌ চুম্বা কাওবেনসে খোইয়ুম লাইগী ষনমাল্লি, মপু কোন্দা কৎচগে মৎচরকপা কাওরেন্নি; কাওবেন ষনগী ষনবুদি শলাং মাগী মশানৌ তীংথৌরেগী থোকই হায়, মপাম ওইবা ঙাবিয়ানগী অউনষন্নি মহাক্কি । পাম্মুই হায়না থিংঙমদা লোইপোৎলক্তা য়াওরকলি মপুগী মীৎয়েং তাবীয়ু । শারঙনুংদা চল্লকপা ওইগী লমদাং ওইবীসে - মীরা লাইরা খঙজদ্রি; লম্বী লমদাং থোকচরু ঙংখগীদি লমজাউদা চরোৎ-ফোইদিং মরক্তা ঙাংখ শজি মচাগুম কোয়চেন চেন্দুনা শান্নরম - অশেংবদী খঙলগে শারঙনুংদা পৌরোনচন ফাজরকই ননাইনা, মপুগী থৌজাল ফংলবা লোইশঙ-খাংজেংদা থল্লগা মীনি নত্তে হায়বদং চহি কূমজা অমত্তং য়েংহঞ্জগে হায়ববু ?

**লাইজিং**

পুশিল্লকউ কদায় ?

**পুরেম্বা**

তম্বসা ! পুসিল্লকউ শারঙদো !

*[ময়াম থৌরাংনা ঙায়নবা পুসিল্লকপদা ময়াম খংনবা]*

**লাইজিং**

**নমু তাইবংমী নত্তেনা পুরেম্বা :**
**চেকশিন্না শেম্নৌকো নাসা ! হয়েং কংলা**
**লোইশঙদা উনরসি পুরেম্বা !**
***[ময়াম লোইনা কিনা চংনখি]***

**পুরেম্বা**

**য়াম্না ফংগনি মপু ঈবুংঙো।*[খুরুমহৌবা]*লোইশঙ মচা ! তাইবঙ চীঞ্জাক পীজবা ঙসিদগী তম্বীসি। লৌক শিল্লু নহাক্লা। ঙসি ঈনুং অসিদি শারঙসিগী মনুংদা য়াহিপতাঞ্জহৌরসনু মথন্তা।**
***[পুরেম্বা থোকখি, শেনবুং মখোল লাকই, শারঙ মনুংদা মথন্তা ঙাইহৌরে ফোইদিং ফিজেৎনবী; শারঙ থুদেক্লবা হোৎনৈ ঙমদে, কপ্পী হীক ... হীক ... মৈ মুৎথখি]***

---

## অহানবা তাঙ্কক। মতেক-৫

*[মৈ মমলিংঙৈ, চনুরা লোইশঙ]*

### চনুরাশিং
*[ঈশৈ]*

হে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ থাংজিং কোইবেন নিংথৌবা
কেগে খোইরা য়েলহৌগী য়াইবী পোকলেন অরূবা
ঙাঙোই লাইজিং চৈহৌগী চীংঙুকোরৌ নোংদোলহনবা
য়াইবী পললোইতানবা নোংচুপ তোনপাল নিংথৌবা;
থৌদু নুংলাই শাগে অহুমথক্তা ফমদম্বা
য়োৎপাক পনপাক লোইবা য়োৎলোন পনলোন খাবা
যূমশা লমশা য়াউরৌ কোন-খানা কোঞ্জনবা,
নমু মীপোকপা চীংঙু নয়া য়াম্না খোইয়ুম নঙালহকপা
চীংঙু মালেম লৈশেম্বা কেগে চীংজাউ ঙানবা
ঈবুধৌ নঙবু হন্না হন্না খূরূমজে।
লাইনিংথৌগী শুমাংদা নশুনা জগোয় শাজবা
অরাল অহুই য়াওরকপা ঙাকপিয়ু
ঙাকপিয়ু ঙাকপীয়ু দে ॥

*[মৈ ঙাহ্মোক্লকপা, ময়াম জগোয় শাবদা ঙাংখচনুসু য়াওহনবা হৈতবদগী হৈনবা তম্বীবা মথং মথং, চৎপদগী ঙাঙবদগী মথং মথং]*

**চনুরা অম'বা**

হায়য়ু ঈতা ঙাংখচনু শকহেনবী। সিনা করি ? সিনা ? সিনা ? সিনা ?

*[কোক, শম, মায় মথং মথং উৎলগা হংবা]*

**চনুরা অনীবা**

সিনা করি ? *[কোক্তা পায়রগা]*

**ঙাংখচনু**

কোক !

**ময়াম**

চুম্মে, চুম্মে। *[নোকপা]*

**চনুরা অম'বা**

সিনা করি ? *[মশমদা পায়দুনা]*

**ঙাংখ চনু**

শম !

**চনুরা অনীবা**

চুম্মে চুম্মে। সিনা করি ? *[মীত্তা পায়রগা]*

**ঙাংখ চনু**

কোক !

**চনুরা ময়াম**

লাল্লে অদুদি :

ঙাংখ চনু
কোক ... আ ... মীৎ, মীৎ ...

চনুরা ময়াম
চুম্মে চুম্মে !

চনুরা অম'বা
ঈতাগী ফি খূৎইনদো য়েত্তা ইল্লে ওন্নরে, ওইওইননা ইল্লিদো নুজা ওইবী ঐখোয়দি, য়েত্তা ইনবা অসিদি চীংগী চনুরাশিংতনি।

চনুরা অহুম্বা
ঈতাগী তমদুনা শেল্লকপা নাচোমলৈনি-নাচোমলৈ । চীল্লু ঈতা পক্কনি ! চীংগোংলৈ লৈনম নম্বনি। *[পীবদা, নাপ্পদদি চীন্দদুনা ফিবৈদা যেপশিনবা]*
হে : অদুদি কদাইদগী ঈতা ! লৈমন চল্লনিয়ে, সে-সে......
অসুমহায়না থেৎকদবা, চীনগদবকো।

চনুরা ময়াম
ঈ:..... পকচনসু .... ফজখ্রেদা !

চনুরা অনীবা
য়েংঙো ঈতা ঐখোয় নুপীদি সুমহায়না ফমগদবা... ফম্মো !
সুমহায়না ফম্মো ! অদুগা ফজনিয়ে, কেধৌ ঈবেম্মা কেধৌ !

চনুরা অম'বা
তাদা লোইশঙভাকপা ! পুংদো অমুক্তগা য়ৈবীখোসে।
চনুরাশিং ঈশৈ শৈহল্লু। খুমজসনু ঈতাসু ঈশৈ শৈহন ঙম্নবা।

**চনুরা অনীবা**

**কোক্তা হম্বা মালংবা লিরি লিরিদা হম্বোইরে**

**খরাকন্নসু মহুম্মু চোইজাইহল্লু শম্লাংসু**

*[মথং মথং মতেক মতেক তম্নবা পুং য়াওরকপা]*

**চনুরা ময়াম**

*[ঈশৈ মপুংওইনা শক্লকপা, মমৈদা]*

হরাওরে, হরাওরে হরাও মথোই কারক্লে

নুংঙাই মপুং ফারক্লে, সিবু থোইনা হরাওবা

লৈবরা দে, লৈবনি দে ...... ।

**লোইশঙ মচা**

ফজৈ ফজৈ ফজৈ শাগৎলু ! অদুনিদনা ইবেম্মা ।

**লাইজিংলেম্বী**

*[ময়াম লাংলিঙৈগী মতমদুদা পেনা শকপা অমা পুরগা চংলকপা, পেঞ্জবদুনা নোকচবা]*

কুম্মৈনিদনা মসিদি : তাবদি ফনা মকুইবে ঙসিদা মঙাইদো উবিবা, চৎথৌ চৎথৌ হান্নগুম *[ময়াম খুৎনম্বা]* জগোয়, ঈশৈ তাবদা পুক্নিংদুম ঈনৌ নৌখবে তা পেনা শকপা পুদুনা লাক্লিবসিনি, কালেন য়ৌগদবসু থাবুম মঙা ব্রাৎলিদো, হরওহন্নিংঙেদা শরিশো ! তা পেনা শকপা !

**পেনা শকপা**

লাইজিংলেম্বী ঈবেম্মা ! *[খুৎনম্বা]*

**লাইজিংলেম্বী**

জগোই ঈশৈ থীনগৎলু ! ঙাংখচনুগী মতেং পাংবীয়ু ।

*পেনা শকপা*

শাগৎলুদা ইবেম্মা লৈনা লৈনা শাগৎলু হা.... ইবেম্মা ! নুরা ঙাংঙোই ঈবেম্মা কয়াদা নিংথিজরবনো, লৈরাংলোমদবু পারগে— নুরানগা থম্বাল মানবীনি শন্নাংতাববু হায়রগা শুগনু উচালনা চোইগুমই ।

*[ময়াম লাংনরবা মতুংদা]*

চনুরা অনীবা

লাইজিংলেম্বী ঈবেম্মা ! ননাই চনুরা ঐখোয়না ঈতা শক্লা লোইনজ, ঙাংখ চনু মহাকসে হৈজরক্লে খরা খরা ।

চনুরা অম'বা

কুমসি কালেন হরাওবা পুথোকচগে লাইমাংদা ঈবেম্মগী থৌগলইন হরাওপুঙদা কাদুনা জগোয় খুৎথেক কচ্চবা য়াওহঞ্জগে ঈতাসু ?

লাইজিংলেম্বী

পুসিনবীরকউ মহাকসু তাগে মবা মপাওসু ?

*[খুরুমহল্লবা]*

লোইশঙ মচা

লাইজিংলেম্বী ঈবেম্মা ! *[খুদোং ফান্নবা পীরবা]*

লাইজিংলেম্বী

ঈ : মশক্লা মাক ফজরিবা, শেৎপাইনবনা পক্লিবা ! মোইরাং পাখংশিংনা উরগা তান্নথ্রনি মাতবু অঙম অথৌ ফম্নাইবশিং শোয়দনদি উরক্লগনি, মহাকথক্তি বাথোকওই লৈবাক ঈরাংবু থোক্কদরা চীঙবু চীঙনৈ ঐহাক্তি । মমিৎ য়াম্মে লাইজিংসু, মনাও শকপা মথং খনবা ময়াম্বগী লাম্বানে !

ঙাঙঙু ঙাঙঙু ইবেম্মা ! করি করিদি হৈজরে ?

**ঙাংখ চনু**

*ঈতা লাইজিং !*

**ময়াম**

লাল্লে : লাল্লে : ঈতা হায়গনু-ও !

লাইজিংলেম্বী ঈবেম্মদা হায়-ও !

**লাইজিংলেম্বী**

হায়নিংবদা হায়সনু ! মখোলনা মখোল নুংশিরিবা ! মখা তারো হায়রো ?

**ঙাংখ চনু**

ঐনা ঙাংখ চনু, নঙনা লাইজিংলেম্বী ঈবেম্মা ।

**ময়াম**

*[নঙ হায়না মখূৎ থীনবদু ফাবালাক্লবা]*

নঙ হায়গনু ও, ঈবেম্মদা মহায় ও !

**লাইজিংলেম্বী**

হায়নিংবদা হায়সনু, মীপূ লোম্মুরনু মহাক্কি ! মখা তাথরো সে ?

**ঙাংখ চনু**

*[মখূৎ মশা য়াওনা]* লশিং তকপা— কপত্রেং, লশিং কাপ্পা— হূইদ্রি-কাপ্লোন, লংখায় শেম্বা - তৌওৎ, লংচাক চাকপা - তরেং

**লাইজিংলেম্বী**

অদুনিদনা, য়েংঙো *[মখা তাথগে য়েংথোক্লকপদা লাইজিং চৎলকপা উবদা হৌগত্তুনা খূক্লম্বা, ময়ামসু]* মপু ঈবুংঙোবু কদোমদগী লমদাংথোক চনুরা লোইশঙ অসোমদা ? হান্ননসু পাউতাক্কা ।

### লাইজিং

ঙসি, ঙসি কংলা তীনবদা *[খরা ঈকায়না]* ৱাফম ওইনা ঙাঙনরক পুরেম্বনা ফারকপা ঙাংখ শজি মচাদো মীগী মীরোল থোক্লকলে ৱাফম ওইনা ঙাঙনরক, লোইশঙ মচাশিংনা হঙ্গৎলক.........

*[ফম্ফমদা ফমথদুনা]* কূমসি লৌরোক পন্থাদা, উরাংমৈ নহা মখৈনা মথৌশুবা কাওনরে, চনুরা লোইশঙ মমাংদা চীল্লা চাইনা ঙমদরে মথৌ ওইরে মখোয়গী,

লোইশঙ ঙাকপা য়ামহল্লু ৱাবু ওইনা ৱাকৎলক

অশেং শেংদা য়েংখিগে ৱাতেম থোক্লম ঙসিসে.......

### লাইজিংলেম্বী

অদুগীদমক্তবু ওইরবদি ?

*[নোকফেৎ লকনবকপা]* পীদোংনু ঐহাক লৈজবি, চনুবা অমগীদমক্তবু কেগে কাংলা যৌবদি ঈকায়নিংঙাই ৱাফম্নী, চনুরা ওইবী মহাকপু পীদোংনু ঈকাদা থল্লসু - ও ! থমসিৎফাত্তা ৱাফম্নে ! লৈজসনু ঈকাদা লীংজসনু ঈবাংযায় কেগে চনুরা লোইশঙসে ঙসিদগী হৌনবু।

### লাইজিং

লাইজিংলেম্বী শঙ্গায়দা থমগে থম্মোই হাযবদি লাইজিং ঐনা ঙাইথিংদে ! মদুগী ৱাফম নত্ত্রিদো, চীংনরম্বনি ঐহাকসু অহানবা উবা কোরৌদা— হেলোই-লমলৈমবা ৱাখল্লু; কোক্লে ঙসি কংলাদা মাইবা হঞ্জবগী য়াৱাদা, শোয়রম্মরোইসু লৌরেদো - মমাংথক্কি হাক্তক্তা পম্লৌ লাইজিং ময়াথং ঙাংখ লমজাউ নীনগনি মঙাং চাউবা পাঙ্গনবা খুন্দাহনখি হায়নবা চাউবদুগী মমোমলোই ওইবমগনি খন্নবা শোয়রম্মরোই খল্লকলি; তাকউ মশক ঐঙোন্দা মঙাং নিংঙোল মানবরা চেংলৌ শকফম য়েংখিগে ?

**লাইজিংলেম্বী**

চনুরাশিং !

*[লাইজিংগী মওংদুদা লক্লরগে খন্দুনা অতোপ্পা ঙাংখচনু নত্তবা অমা লাইজিংগী মাংদা পুসিন্নবা লোম্না তাকপা, খূরুমহনবা]*

সিনি সিনি য়েংবীরো !

*[পুশিল্লকলিবা চনুরাদু পীদোংনুগী মনাইনি খঙলকপদগী লক্লরক্লে খন্দুনা মখা তাদনা থোকখিবা, মতুংদা, পীদোংনু নোকহৌবা]*

চনুরাশিং তাবরা ? থিঞ্জিল্লম্মু নতাসে কংলা য়ৌনা ঈরাংয়ায়, কারকউ নখোয় অপূম্বা মোইথাপ শিল্লং কাবগুম; লাইজিংলেম্বী ঐহাক্না শিল্লং মকোক ফমগনি, ঙসিদগী হৌদুনা ঙাংখ চনু অসিবু ঈমোম শক্না য়োক্লনি । লাইজিংকোনগী চনুগুম অওং অউন তমদুনা থাজগনি ঐহাক্না অপাম্বদা খল্লগা !

*[ময়াম থোকখিবা, লোইশঙমচা অদুনা চাইথোক্লম্বা শেংদোকপা, ঈশৈ ঙঙলগা মনুংদা চংখ্রিঙৈ, চীংখুবা অমসুং পুরেম্বা চংলকপা]*

**পুরেম্বা**

লোইশঙ মচা ! কনা কনা লৈ ?

**লোইশঙ মচা**

*[পুরেম্বদা খূরুমলগা মথং-খনবদা অমুক খূরুম্বা]*

খদ্রাকপা, মথং খনববু ।

কনা অমত্তা লৈত্রে,

মহাকসু য়াওনা চংমিন্নখ্রে খদ্রাকপা । লাইজিংলেম্বী ঈবেম্মা খোঙলেংলকই ঙসিসে, পেনা শকপসু পুরকই, চনুরা লোইশঙসি পূম্নীল নীল, জগোয়না জগোয় শারিবা ঈশৈনা ঈশৈ শক্লিবা; কুম্মৈনি কুম্মৈ খদ্রাকপা ! লাংলিঙৈগী মরক্তা মপু ঈবুংঙো লাইজিংসু খোঙলেংলক্লম্মি ঙসিসে ।

**চীংখুবা**

ঈয়াম্বা ঈবুংঙো লাইজিংবু খোঙলেংলক্লম্মী হায়বা লোইশঙ মচা ?

লোইশঙ মচা

অহোই মথং খনবা ! ঙাংখ শজি মচাদো মমিৎ মনা তাথক তাথক জগোয়না জগোয় শারিবা কুম্মৈনি কুম্মৈ মথং-খনবা।

চীংখুবা

ওক্লে ওক্লে লোইশঙমচা। মীখূৎচনগ্রবা শজিদো য়েংগে লাকপনি খদ্রাকপগা ঐগা। *[পুরেম্বদা]* ঋাগী শারঙনুংদগী সনাগী শারঙনুংদা— হোংখ্রে হৌজিক্তি। *[লোইশঙমচাদা]* চৎলু লোইশঙমচা অখন্নবা য়াংলৈ খরা লৌরু, ঙারৌসু থিরূ কূইরকনু ! হাংলবা চনুরা লোইশঙ অসি ঙসিদি খদ্রাকপগা ঐগা ঙাইহাক পোত্থাফম ওইগে।

লোইশঙমচা

খূদক্তা মাংদা থেঞ্জগে মথংখনবা !

*[থোকখি]*

চীংখুবা

খদ্রাকপা !

পুরেম্বা

মনাও ইবুংঙো মথংখনববু !

চীংখুবা

মোইরাং মীয়াম্না ঙাঙনবা শোয়রোইদৌরিবরা করিনো ? ঈয়াম্বা ঈবুংঙো লাইজিংনা খোয়দাখরে শোন্নবা; লাইজিং ঈচিল ঈনাওমক শুক্তা-নাউতারক্লে হায়নবগা, লাইজিংলেম্বী ঈতৈমসু ফমগী ফমথোল কানিংলমাল্লে মতাংসি ?

**পুরেম্বা**

ব্রাগী ফিগৈ শেংনা ননাই পুরেম্বা খঙজফাত্রি ?

**চীংখুবা**

হা : হা: হা:

কৃমসি নঙনা খাদ্রাকপঙে, লাইজিং ঈচিন ঈনাওগী লাংজৈ ওইনা লৈঙাকপঙে, মোইরাং চাকহোং ঙাহোংঙে। শোন্নরেদো মোইরাংনা খদ্রাকপা নতীক নয়ায়বু; মোইবাংদগী হেন্দুনা হাউকপ চীংশাং, অনাল নমফৌ, চাইরেনয়ৌ নহাক্তবু ঙাঙনরে; মোইরাং পূম্বা পেন্নবে।

**পুরেম্বা**

থাংজিংগী থৌজালনি, লাইজিংগী মপালনিদো মথং-খনবা।

**চীংখুবা**

ব্রাংলিববু নহাক্কি কৃমসি কালেন হবাওবদা, লাইগী লাইবুঙ কাদুনা জগোয় খুৎথেক কৎপদা খদ্রাকপী ওইদৌবী অমত্তং। খুমন তালোই ওইদৌবা কনা লাইবক ফবীনো ঙাঙনবক্লবনিদো মীয়াম্না। নঙবু পোকপা পম্হৌসু মোইরাংচনু লৌখি হায়, খল্লু নঙসু খদ্রাকপা ?

মোইবাং চনুরা মরক্তা খদ্রাকপী ওইদৌ অমত্তং ! ঈয়াম্বা ওইবা লাইজিংদা চীংখুবা ঐসু হঙ্গৎকে, লৈবাক চংনা লূহোংসি।

**পুরেম্বা**

লৈবাক থৌদি য়াম্বনা লাইজিং থৌদি নমদা-পু চৎচরিবনা ঈশিঞ্জঙ মতাং নত্রগুম লামলুদরি ব্রাখন্দুদি ঙসিফাও।

**লোইশঙ মচা**

য়াংলৈ ঙারৌ অনীমক লৈজরে মথং খনবা !

*[য়্, ঙারৌ থকপা চাবা হৌনবা]*

ব্রাফম অসিমদি ঙাঙনরবনি মীয়াম্না, খদ্রাকপী ওইনা ঙাল্লগদৌবী খুমন মৌদো য়েংজনিংলেদা ননাই ঐখোয়সু । ঙাংখ শজি মচাদো মীগী মীরোল থোক্লকৎঙে মশক মতৌ হেল্লকলে ......

*[চীংখুবনা মখূৎনা তোক্লো খাম্লগা]*

**চীংখুবা**

খোয়দারমগনি নহাকসু নখূৎথোক্কী শজিদো, কাওথোকখরো মদুদি-নখূৎথোক্কিনি খন্দুনা; খোয়দাগ্রমাল্লে লাইজিংনা মশক মতৌ হেল্লকৎঙে । লাইজিংলেম্বী ঈতৈমা মহাক য়াওনা লাংখবে লোইশঙ মচাসিনা তমখিবা তাববদাই নহাকসু । মখূৎচানবা শেল্লগা লাইজিংলেম্বী অতোম্বী ওইহনখ্রনি শোয়ববোই । লাইজিংলেম্বী ঈতৈমসু লাইজিংলেম্বী অহলওই, ফমগী ফমথোল কাখ্রগনি কুইররোই .... ঙাঙনরকলিবসে মীয়াম্না ঐসু শোয়ররোইদ্রা খল্লেহে খদ্রাকপা ! *[পরেম্বা খুমলক্তে]* মোইরাং চনুবা মরক্তগী অপাম্বা অমত্তং হায়রকউ ? ঐসু য়াওনা তেংবাংগে ।

**পুরেম্বা**

ননাই ঐহাক্না খোয়দাবা ঙফিওদি লৈজদ্রি....

**চীংখুবা**

নুপা মান্দেদা পুরেম্বা !

ফরে ফবে তোক্লসি, তরেৎ তরা থোক্লা খনফে, এ: অরূবা ব্রাফম অমদি কাওথোক্লুরেনে খন্ন'বা ?

**পুরেম্বা**

হয়েং লাইমাং ফমগনি লাইগী লাইবাও তাগনি লেপ্পখিবদো কংলাদা মদুগী ৱাফম ওইবীরবরা মথং খনবা ?

**চীংখুবা**

*মদুমক্নি খদ্রাকপা !*

*ঈবুধৌ থাংজিং লাইমাংদা ঙন্দবা য়ারোই হয়েংদি... য়াংলৈ অসি ...*

*পঙহেল হেঞ্জিন্না থকপা য়াদেনা :*

**পুরেম্বা**

মথংখনবব্ !

**চীংখুবা**

য়ৌশিল্লকলেদনা থাজৎসিদি । হয়েং লাইমাং ফন্নগা লাইগী লাইবাও তারগা চহিগী চাকলোন কৎনবা লেপ্পবনি শোয়ররোই । অঙম অথৌ ঐখোয়গী থৌদাং লাক্লেহে খদ্রাকপা ! নঙসু খল্লু অঙম্বা মাংজৌননা তা'নসি ?

**পুরেম্বা**

াফমদুগী ওইরবদি হয়েং লাইবাও তারগা লাইজিং মপুনা পাম্বদা শাবু তাল্লু গয়রবসু, ঙাবু ফারূ হায়রবসু মতমদুদা খন্নবদুনা চুমগদরা ? *[মরৈ থাংলকপা]*

**চীংখুবা**

*[শাওরপ্লা]* মদুনবু হায়বনি !

ঐনা মথংখনবনি নঙনা লাংজৈ ঙাকপা ! *[মনঙন্দা মখুৎনা থাদুনা]* লাইজিং মপুনা চোপ্পদা ঐখোয়নীসু চেন্ননি; চোপ্পা য়াদা মতাংনি, করি করম্নো তা'নসি হৌদোকপগী ৱাতনি....

পুরেম্বা

*[ফাথদুনা]* মথংখনববু !

চীংখুবা

*[পল্লগে মতাগুম]* চহি কূমশিং য়াম্লক্লে, কদেং কদাংনা ফম্নাইৗঙে, শারম চাম্মনা শারৌকৎ, ঙারম চাম্মনা মথেল লাঙ, কৎখি হায়বা চাক্লোন্দো ৰারীদদা মতারে, ঐখোয় হাক্তকসিদদি থোক্লগদ্রা থাজদ্রে। মীনা মী *[য়ু ঙাওরপ]* মী য়ামশিল্লক ঙাগী ঙাবম ফাররোই, শাগী শাবম য়াম্লবোই।

পুরেম্বা

পূম্নমক মপু মাগী নোংদমনি মথংখনবা হযেংগী লাইবাও তাবগা, লাইজিং মপুগী যাথং-ঈন, ঈবুধৌ থাংজিং থৌগল ঙম্নবা নিজবদা মতাবে, ননাইনা থৌগল তুংঈঙ্গা খোঙলেংলসি মথংখনবা ?

চীংখুবা

অং ! হয়েং ঙনবা তায় !

ঙনবা তায় !

*[মৈ মুৎথবা]*

## অহানবা তাঙ্কক । মতেক-৬ ।

*[থাংজিং লাইমাং । মাইবহঞ্জবনা তাইরেল চফু পায়দুনা মাং থারগা মাইবী অনীনা তুংইন্না কাখৎলকই, লাইজিং অমসুং লাইজিংলেম্বী, থৌগল লাংগন মতুংদা, অতোপ্পা মায়কৈদা মথংখনবা, খদ্রাকপা থৌগল য়াওনা চংলকই; পরেং লেংদুনা ফম্লগা অয়েংবলোমদা ওনশিন্না খূরূ খূদক লৈতানৈ, মাইবীগী লাইবাও তা'নবা ঙায়নবা; মাইবহঞ্জবনা মতায় অমদা চফু পায়দুনা ফম্লী, মায়বী অমনা লাইবাও ফাওগদৌরিবা অদুগী মতুংমক্তদা হকচাংকায় শাবগী জগোয়, শরিক্কী মখোলদা]*

### মাইবী

থাংজিং কোয়রেল নিংথৌবা, শাংঙতোম্বা লাইনিংথৌ, চাউহৈ লেনখাক কূহেনবা, তীলগী তীল্লু লীহনবা, য়াইবী তীলমরু শিদবা, নিংখোম য়াইখোম ফবা লাই, মখাথংবা শন্থোক্তা তীম্মুঙাকপা-লাইমুঙাকপা, নুংবীদি শিদবা মপল খোঙনেৎনবা ! ননাই ওইবী ঐহাক্না খূরক সনা পোংফাইথেৎ— লাংথ্রে মনা নাদা চীন, শেনগী শরিক য়েৎনা পায়, হাউগল অরাকথক্তবুফম, ঈবুধৌ লাইমাং ফমজবা, ননাই ঐঙোন্দা তোংবীও ! তোংবীও ! তোংবীও !...

হাই : হাই : ঈদাইরেমসা ! খোইয়ুম ঐনা ঙাকপীরিহে !<br>
তীলমু ঙাকইহে ! লাইমু তাল্লিহে !....<br>
হে লাকচৈদা : নম্মু তাইবং ওইবসা : খোইয়ুম লাইথিদবসা !<br>
চীংঙু তীলথিদবসা ! পুন্সিগে-নুঙশাংগে; শুক্তগে-নাউতাগে নিজৌহে !<br>
কেগে চাকহোংহনগে মোইরাং খুঞ্জাওহনগে খঙদবসা !<br>
কেগে পূঙনা খম্বালম লাইরম অতোংবা শঞ্জুরম<br>
লমলেন তরূংপোকপী লোকমায় কেগে লংলাঈশিংদা<br>
ক্বাকপু তাবা লম লাইগী লাইশা তাঞ্জৌহে ! শাগী শারৌ কৎচৌহে !<br>
লাইজিং পুন্সি নুঙশাংনিয়ে শুক্তানিয়ে নাউতানিয়ে .........

*[মাইবা হঞ্জবনা তাইরেল মনাদা শোন্দুনা লাইতোংলবী মাইবী অনীমক ফাথবা; শেনবুং য়েরকপদা মাইবী মাইবশিং পূন্না খূরুম্বা; মাইবা হঞ্জবনা ফাওখিবা লাইফাও- লাইজিংকাদা রাহম্লোক হায়বা]*

**মাইবা হঞ্জবা**

মপু ঈবুংঙো, কেগে লাইজিংদি অশুপ্পা ! ননাই মাইবা হঞ্জবা ঐহাক্না অমুক্কা হন্না লাইগী লাইবাও তমজগে ? কূমসিগী চাকলোন কৎকদবা অসিদি তম্বা তারি— শারৌনা, তৌবুং লাইশা তাল্লু, শাগী শারেল চল্লু ! মপুগী শুক্তা-নাউতাগনি, মোইরাং খুঞ্জাউ লৈচাউনি, লাইজিং পুন্সি নুঙশাংনি, - ঈবুধৌ লাইবাও তম্বীরে !

**লাইজিং**

*[রাখল খল্লগা, হৌগৎলক্লগা]* ঈনাও ঈবুংঙো খূৎচুম্বা !

**চীংখুবা**

*[চংশিল্লগা খূরুম্বা]*

ঈয়াম্বা ঈবুংঙো লাইজিংবু করি চীংগোয়বীদৌবা ?

**লাইজিং**

ঙসিগী ফাওরিবা লাইগী লাইবাও তারেদো, লাইগী লাইবাও তার'গা ঈয়াম্বনা অসুম খনবদা—- ঈচিল ঈনাও ঐখোয়নীমক শুক্তাদ্রিদো, নাউতাদ্রিদো ? তৌবুং লাইশা তাল্লু, শাগী শারৌ কৎলু অদুওইরবদি ঈবুধৌ থাংজিংনা কূবীগনি ফাওরিবা লাইফাও অসিনা ঈচিল ঈনাওখোয়নীগী থৌদা থোক্লে লেপ্লেদো। ঈয়াম্বগী ঈবুংঙো নুংশিবা ! তৌবুং লাইশা তানবসে ঈনাও অদুক খোঙলেংলু হায়ববু, করি খনবগেনে খূৎচুম্বা ?

**চীংখুবা**

*[খম্বরগা মরৌ লৈনা]* চৎ-চবগীবুদি চৎচগে । শাগী শারম কক্তবা, শাগী শাকোক লেপ্তুবা মতাং থোকপনা ফম্লাইবা অমনা চীংদুনা থারবসু য়াগদ্রা ?

**লাইহিজিং**

*[শাউবনা খাংফম খঙদে, মখা চীকই, পূম্নমক্কি মমাংদা পোকমিন্নদবা মনাও ওইবনা, ফাথরগা পুরেম্বদা]*

পুরেম্বা ?

**পুরেম্বা**

*[চংশিল্লক্লগা খৃক্লমদুনা]* মপু ঈবুংঙো তাকপীয়ু ?

**লাইহিজিং**

লোইশঙ খাংজেং পাংলমলো ! শাগী শারম খঙবশিং শাঙাক লালঙাক হৈবশিং, অথৌলিচা হেপ্লাশিং, ঙাংঙোই থয়াং কোন্দাই লোনবশিং খোমগৎলুরো নহাক্লা । লাইহিজিং ঐহাক্লা চীংলনি কৃমসিগী লাইশা তানবসে । *[লাইহিজিংলেম্বী নুঙশা থীজবা, চংশিল্লক্লগা খামগে নংহৌদবা]* লৈহৌরসনু ঈনাওনা লৈবাক থৌদি পুদুনা । ওল্লকপগী নোংমাইজিং য়ৌদ্রিঙৈগী নোংজাদা হল্লক্লবা থৌরাংগে । নুমীৎমক লেপ্লসি চাক্লোন কৎপা নুমীৎসু !

ঈবুধৌ থৌজাল নীথ্রসি খদ্রাকপা !

*[চীংখুবা মমায় ঈচপমুক ঙাংনা লেপহৌবা; অতৈনা লাইখুক্লম্লগা থোক্লখিবা]*

---

## অহানবা তাঙ্কক। মতেক-৭।

*[তৌবুং লাইশা তানবা]*

**ময়াম**

*[ঈশৈ]*

মোইরাং পূঙনা খম্বা লম—
লমলেন তরাংপোকপী লোকমায়দা,
কেগে লাইজিং মপুনা শামুথক্ত'তোংদুনা
লাইগী লাইশা তান্নবা খোঙলেংলকলি ঙসিসে ।।
শাগী শারম খঙবশিং, শাঙাক লালঙাক হৈবশিং
শামু মমাং থারক্লি, লাইজিং মাগী থৌগলওই;
পুরেম্বদি খদ্রাকপা চাউয়েং য়েংনা ঈল্লক্লি ।।

*[কৈ ময়ামগী মরক্ত' পুরেম্বা]*

কাউবা কৈরেল মপলনি
মায়কৈ মপল ফাংদুনা
লাইজিং তম্না চোংলকপা
মীয়াম কাইদুনা চেন্নরে
থৌগল-লাঙ্গন হোৎখরে;
মথন্নত' ঙায়রবা
পুরেম্বনা হূপলকই
শামুমাংদা থারকই
তাগী থেঙ্গৌ চোংলকই;
মায়য়োক্লরে কৈয়ামগা
মোইরাং লাইজিং কল্লরে ।।

*[কৈ মমায় য়েকপা চুঙ পায়রগা ফম্না ফম্না চোংই কৈগুম, মরক্তা পুরেম্বা চুঙতা পায়দুনা থেংনৈ, মথং মথং হাংলি, পুং অমসুং মৈগী কৃম্মৈ]*

## অহানবা তাঙ্কক। মতেক-৮

*[ঈবুধৌ থাংজিং লাইমাং, মীয়াম চাকলোন কৎপগী লাংনরম্বা, অয়ুক অঙনবা; হৈরুক কাবা ময়াম মথং মথং; ফম্নাইবা-ফম্নাইবী ময়াম; চাকথোংনবা মথেলগী খন্নবা; থোক্লক্লিবা মখৈগী মখোল- অরাংবা, অনেম্বা]*

**ময়াম**

লমজাইয়ু ! লমজাইয়ু !

*[লাইজিংনচীংবা শাদাল্লুবা ময়াম মথং মথং মীয়ামগী মরক্তা খায়না চংনরকপা, হরাওনবগী মখোল]*

**লাইজিং**

খদ্রাকপা ! নোংচুপথংবা মৈফমদা শাগী শারৌ লাংহল্লু ! অহিংবা কৈ অহুমদু মখাথংবা মায়কৈদা পুশিলহল্লু ! শারঙ চেকশিন্না ঙাক্কদবনি হায়য়ু ! অশিবা কৈ তরুক শাগী শাবাক ফাক্লগা মউন্দুনা পাং তীংহল্লু ! পাংশিং অদুগী মথক্তা অহিংবা কৈ অহুমদু ঈবুধৌ থাংজিং লাইমাংদা শাগী শারেল কৎলসি !

**পুরেম্বা**

য়াম্না ফগনি মপু ঈবুংঙো।

**লাইজিং**

লাইজিংলেম্বী ঈবেম্মা !

**লাইজিংলেম্বী**

মপু ঈবুংঙো, করি চীংগোয়বীগদবা ?

লাইজিং

ঈনাও ঈবুংঙো মথংখনবা, চীংখুনহা উদেনা ?
ঈবুধৌগী থৌবু মীরাইগ্রবরা ?
ঙসিগী লাঙলিবা অসিবু লাঙলমবা নত্রা মহাক্রা ?

লাইজিংলেম্বী

মপু ঈবুংঙোনা খোঙলেংখিবা নুমিত্তগী মশা ঈরবরা করিনো মপাল ঈপাল থোক্তখৈ, উঙশিন্দুনা লৈখরে। ঈবুধৌগী থৌদি কায়বা য়াদ'— মাইবা হঞ্জবগা তান্নজরগা, ফম্নাইবা ফম্নাইবী খরগা চনুরা লোইশঙনা থৌবু ওই লাঙজরম্লীবা অসিনি, নীংবা থৃঙবা থৃঙদবা মপুগী মীৎয়েং তাবীয়ু ?

লাইজিং

ফবে ফরে ঈবেম্মা। ঈবুধৌগী-থৌ পুবদি মনতীক্লবা য়াদেদো,
ঋারবসু ঋাফদে।
*[কৈগী শারঙ পুশিল্লকপা উনবদা ময়াম মনুংদগী লাংনরকপা]*

ময়াম

কৈ: কৈ: কৈ: য়া ! য়া! য়া!

লাইজিং

হন্দক্কি খোঙফম অসিদি লাইজিং লাইবক ফগ্রেদা !
মোইরাংপৃঙনা খম্বালম পুন্সি খল্লগদ্রাখন, মীপাই পুক্লিং মমখিবা পোকপীরক্লেদো হন্নমুক।

লাইজিংলেম্বী

করি: করি করম থোকখিবা ?

### লাইজিং

পাম্বা কৈজাউ মপলনি, মায়কৈ মপল ফাংদুনা চোংশিল্লকপা ঐখোয়তম মীহুল-য়াওদা ঙক্লিদৈঙে, থৌগল লাঙ্গন পূম্বসু কাইনদুনা চেনগ্রবা, খদ্রাকপা মথন্তনিদো চোংথোক্লকপা ঈমাংদা লাইজিং ঐবু কনগনি; হৈগ্রেদকো পুরেম্বা, কৈগুম্লা চোংঙম্মী চূঙগা তাগা কোন্ননা,ঈমাংমক্তদনি মহাক্না শংল'-থীল্লা' তাদুনা শায়াম শাথেংনখিবা, পেনখ্রেদকো নুমীত্তো,

আ: কবিনা মনা ওইসিগে লংলা লংজিল খঙলক্ত্রি, পীরিমখৈসু পেল্লরোই। খল্লু লেম্বী নহাকসু, কবিনা মনা ওইসিগে ?

*[ময়াম শা শাবাক ফাকপগী লাংনরকপা]*

### লাইজিংলেম্বী

পুবেম্বা মঙোন্দা পীনবা খূদোলসে ননাই ঐবু খঞৌ তাকপীরবা, পুরেম্বগী ন্নাংলিবা হায়ববু খদ্রাকপী ওইগদবী অমতং, মপু ঈবুংঙোনবু য়াবীরবা; ননাই ঐনা শেমজবী, ঈনাও শক্লা য়োক্লবী, মখূৎথোক্কী শজিদো মনা ওইনা খূৎশিন্নগ্রবা, মপা চাগনি খঞ্জবেদো ননাইনা। মপু ঈবুংঙোনা থৌবূওই, ঙসি কোবৌ নোংজাদা থাজগ্রসি হায়ববু ?

### লাইজিং

লৌশিং চাউইদা লাইজিংলেম্বী। লোইনরকইদনা ননাইদুদি ?

*[ পুশিল্লকউ তাকপীবদগী,*

*চনুরাশিংনা ঙাংখচনুবু লাইজিংলেম্বী মনাক্তা পুশিল্লকপা]*

ঈবুধৌগী চাকলোন কৎত্রিদৈঙে, শাগী শাবেল চন্দ্রিদৈঙে, ঙারৌ শারৌ কৎত্রিদৈঙে, ঈবাৎ থৌনি হৌদ্রিদৈঙে, লাইজিং ঐগী ঈঙম ওই পাংদবা য়াদ্রবা অমদি ঈথৌ ওইনা পাংলগে। *[ময়াম মমাংদা লাউথোকপা]* লাইজিং ঐগী থব্বাই কনখিবগী, খদ্রাকপগী তমদুনা খদ্রাকপী ওইনা ঙান্দৌবী চনু অমা তম্লগে তাও !

**লাইজিংলেম্বী**

মপু ঈবুংঙো তাকপীয়ু !

**লাইজিং**

*[খূকল্লীবী ঙাংখ চনুবু পুরেম্বগী মনাক্ত পুশিন্দুনা, খূরুমহল্লগা]*

হাপ্লে !

ঙসি নোংদগী চনু নঙবু খদ্রাকপী ! লাইজিং ওইবা ঐহাক্না অওং অউন তমদুনা ঙসি কোবৌ নোংজাদা খুমন মবাংযাইদা থীনগনি । লাইজিং যেক্তা ৎাল্লবী মোইবাং চনু মহাকপু পুখিবদা তাববোই । ঙাংখ ফোইদিংলভগী পুবেম্বা মহাক্ন ফাজবকপী শজিনি, ঙাংখচনু মীংবু থোন শেমজবনি লাইজিংকা । ঙসিগী চাকলোন কৎপসিদা যাওজবসনু তৃমাওই, নিজবসনু মখোযস শুক্তজগে নাউতাজগে !

**ময়াম**

*[ঈশৈ]*

মমাংলৈকায থম্বাল শাংলে
খোইমুনা ঈল্লে খোইরাবা ।।

। **মায়খল থাদরকপা** ।

**অনীশুবা তাঙ্কক। মতেক-১।**

*[ঈরুম্বী তুবেল খোঙবান, অহিং, নুপীগী অককপা কোক অমা লুৱাং টিঙখল অমনা কোল্লগা চাউবগা চেনমীন্নরকপা, পুংগী য়াম্না অয়াঙবা মখোল]*

**লুৱাং চাউবা**

ঈকম্বী মবিন যৌবেদো, মফমসিদা ঙাইখিসি টিঙখল মঙা অদুবু !

**লুৱাং টিঙখল ১বা**

য়াম্না ফগনি মশু-ঈবুংঙো, খোঙবু পূন্না ফাবগা খোঙহৌবনা ফবনি।

**লুৱাং চাউবা**

শীঙগল লাঙগল ঙাক্তনি, লানগদৌরিবা ঐখোয়না ;
ঐখোযনীদা ত'বকতা লুৱাং ঈবম পাংবদা পাম্বা কৈগী খ'য়াত্ত'
তাদুনবু তোক্কনি। চেকশিন্না শেন্নৌ লূবেলদো ! মদুগীদমক্তনিদো ?

**নোংদম**

হাই ! হাই ! *[মনুংদগী লাউদুনা তান্নরকই]* নুপী হাৎপা তম্বসা ! পাংদবসা লৈরম্মু ! নোংদম ঐগী ঈমাংদা চেনগদবা কনানো ? পাম্বা শারাক তম্বগুম তমলগেদো শরিশো ! *[অঙাং অমা পোরগা থাং হাইরগা চেনথোক্লকপা, লূরেল পায়বা টিঙখল অদু ফারগা হাৎনবা মশম পায়বা, চাউবা হল্লগা চেনথোকখিবা]*

## টিঙখল ১বা

*থব্রাইদদি কনবীযু ? লুৱাং খুল্লাকপগী মশু চাউবা কৌবা মহাক্না টিঙখল মকোক চিংবদা যাওজবকপনি, থব্রাইদদি কনবীযু ?*

### নোংদম

নথব্রাই কনবীযু হাযবা ?

*[কন্না লাউবগা, কনবীবগী মহুত্তা থাংনা থীনজিল্লগা হাংপা, মশমদু থাদোক্লগা মাগী নুপীগী মকোক খূনগংলগা কোনবা, হীক: হীক: কপথোক্লবা, যাম্না শাউনা চুমদ্রীংলেপ্লগা]*

লুৱাং টিঙখল মকোক চাউবা ! খঙগনি নৈবস্মু ! নোংদম ঐগী খূত্তগী কৈদদি লিংকনি ? লুৱাং ন'বম যৌদ্রিঙৈ পাম্বা শাবাক তমগেদো !

মৈ মুংপা

## অনীশুবা তাঙ্কক। মতেক-২

*[মথংখনবা চীংখুবগী য়ুম, নোঙাল্লেমদাই চাউবা ঈতুক তুকথনা চীংখুবগী মমাংদা খূরুম খূদক লৈতানা]*

**চীংখুবা**

*[যাম্না শাউনা]* কবি হাযবা ?

থবাই কনবীযু চংজবক্লি হাযবা, নঙবু ?

ফীগৈ শেংউ, নশাগী তাকউ হান্নবা ?

**চাউবা**

চাউবা কৌজে ঐহাকসে, লুৱাং খুল্লাকপগী মশুনি।

**চীংখুবা**

লুৱাং খুল্লাকপগী মশু ? *[তপথনা, ঈমুংলোমদা]*

কনা কনা লৈ ফিদা অমত্তা থারোলাউ !

মীংনা চাউবা *[ফিদা পুথোক্লকলগা থরবা]* ফম্মু ফম্মু !

**চাউবা**

থবাই কনবীযু চংজরকপনি। *[ফিদাদগী লৈথোক্লক্লগা চীংখুবগী মখোঙময়াদা চংশিল্লকপা]*

চীংখুবা

ঈয়াম্বনা লাইজিংনি, কেগে মোইরাং লৈবাক্কি মথং খনবনি ঐহাকসে।

চাউবা

খঙজহৌদ্রবা ননাইনি, খোয়খা লেঙখা থাবীনু থৱাইদদি কনবীয়ু ?

চীংখুবা

থৱাই ? থৱাই ? থৱাই ? *[শাওনা]*

পাম্মুখ্রবোইকো থৱাইদো ? লাল্লুরিববু করিনো ?

কায়রুবগেনে কনাদা ? লাইজিংনা পানবা লৈবাক্কি; অচুম অরাল থিদনা কবম্নদি কনগনি ? হায়দোকখোনে নরালদো ?

চাউবা

হায়দোকচবদা ঈবালসে ঈঙকসিবু কেল্লদবা ?

চীংখুবা

ন'ঙক কেনগনি কিরবা চংজরক্কি করিগী ? কোথদুনা কান্নদে, মীকিথীরা নহাকপু ? নবাল পূম্বা হায়দোক্রুবা, লোইশঙ খাংজেংদা পুখৎকে অচুম অবাল থিরগা লাল্লে লান্না লাক্লনি। *[থেম্বা]* হায়দোকচহৌ ঐঙোন্দা, ঙাকপীবা য়াবা ওইরগা মোইরাং কনা তাদ্রিঙৈ লুৱাং নরম য়ৌনবু থীনবীবসু ঙম্বনি, মদু খঙনা শেংদোকচৌ।

চাউবা

কূমসি কূমজা অসিগী ঈবুধৌ চূঙমায় পাখংবা হরাওগনি লাংলক্লবদা, তাংজ লূরেল অমনা ঈবুধৌ মঙম তম্বা তায়, তাংজ লূরেল অদুসু মশক মমিং লৈবগী তাংজ লূরেল ওইবা তায় লেপ্পরকখি লৈবাক্লা ......

চীংখুবা

হী : করি ? তাইবং মীগী লূরেলনা ঈরাং থৌনিবা চংনবোইরে নখোয়দি ? মোইরাং ওইবা ঈশাদা শানা শারৌ কংনবা শারৌ ঙারৌ কংনবা মদুমখৈদি মচংনৈ, মখা তাউ চাউবা ?

চাউবা

ননাই ওইবা ঐহাকপু, ফিমু ফীরাক তরুক তায় ঈনমদবু কূপতুনা ঈপু ওইবা মহাক্লা টিঙখল মকোক হাপ্লীখি....

চীংখুবা

টিঙখল মকোক :

চাউবা

টিঙখল ৭ কি মকোকচিং ঈবুধৌ থৌদি পুদুনা মখা মায়কৈ পাংদুনা শাহৌরকখি ঐখোয়না ঙরাংগী নোংনা চুপ্লমদায়, মল্লি মল্লিবা তাংলৌদা মোইরাং ঙাংঙোই খুন্দোন্দা অহানবা থেংনবা য়ুমদোমপোক টিঙখল ঐখোয় তবেৎচঙ কোয়শিন্দুনা লাঙ্গোয়-চন মব্রা মপাও হংলগা তাংজ লূরেল লৌরুরে,

ওইগী লমদাং থোকপীনি।

চীংখুবা

*[য়াম্না শাওনা]* টিঙখল তবেৎ চংলগা ওইগী লমদাং থোকপীদা ঙমলে নতীক উত্তুনা তাংজা লূবেল লৌরুবা ? তম্বা ওইবা অমগী লৌরম্মুদনা থাগৎকে, কনা কনা লৈ ? লোইশঙ মচাশিং কৌবকউ ! লুব্রাং নুংবান চাউবসে মখূৎ অনী তুংবুল্লু ! কংলা তান্না পুবদা নুপী হাৎপা মহাকসে মোইরাং মীয়াম মমাংদা খোঙগোয়নসি হান্ননা, মদুগী মথং তাবদা তাংজ লূবেল কল্লগা—

নুংগোয়বীদি চনসিনসি।

*[মতাং চানা লোইশঙমচা থোক্লক্লগা ফাবা পুনবা, চাউবা খূরম্লগা হায়জবা]*

**চাউবা**

**মথং খনবা ঈবুংঙো থবাইদদি কনবীয়ু ? মোইরাং কৈদা লৈদুনা পুক্নি অসি লোমজগে? অসুম থোকউ হায়দুনা তম্নম্বনা থোকখরে ননাই ঐগা লোইনরকপা তরুকসু নোংদম মাগী মখূত্তা লোইনা থবাই মাংখরে !**

**চীংখুবা**

নোংদম ! *[রাখল খনবা]* নোংদম ।

**চাউবা**

নোংদম মাগী তালোইনি শকতাকলকখি নুপীদো, মান্তকনিংথৌ খাংবেনগী মমোম ওইবী চনুনি হাউনু কৈশিতোনবী লাল্লোই য়ূমখৈ ঙাকপী কোই হেক শক্তাক-লকখিবা মীকুপ্তা, অঙম অথৌ ওইবগী মচা থোকই রাখল্লু তরেৎ তরা খলহৌদা, নুজা ওইবীনি কাউথোক্লু ঈঙমদবু পাঙনবা 'তাংজলূরেল লৌরসি !' লাউথোক্লুবনা খূৎমারু, লৌথ্রবনি থবাইদো; ঈরাল অসি পুদুনা কনবীয়ু চংজরক্লিবা ঐহাকনি, ননাই ওইনা কনবীয়ু !

**চীংখুবা**

নোংদম হায়বা নুপাদো মোইরাং য়েক্তি নৎত্রেদো ! *[শোনবা]*, হাকুম হায়বা চহিদা মান্তক খুন্দগী চেল্লকপা মোইরাংদবু শায়দাংজগে চংজরকখিবদু ওইরম্লনি শোয়ররোই, পুরেম্বনা মথৌওই লাইজিং কাদা রাকৎলা, রানোমরাচৎ শেম্লগা চীংনুংশোয়গী শোয়মাংদা খুন্দাহনখিবা নুপাদো ওইরম্লনি শোয়ররোই । লুরাং টিঙখল নখোয়না তাংজ-লূরেল লৌরুবা মোইরাং ওইবা ঐখোয়গী চনু-মক্তি থোক্লেদো, অদুম অদুম ওইনমক লুগদৌরি তায়'নবা নোংদম কৌবা মহাক্তো, ঐনা'সুম খনবদা নোংদম তায়নবা ঙমগদবা নুপাদি— পুরেম্বদনা ঙমগনি ।

**চাউবা**

মনাও ঈবুংঙো মথংখনবা ! ননাইনা হঙ্গৎচনিংবা অমত্তদি...

চীংখুবা

*[চাউবগী ব্রা তা'দনা]* পুরেম্বনসু খঙথ্রবা মরুপ ওইবা নোংদমগী মনাই ওইবী মরূম্বী টিঙখল তরেৎ চংদুনা তাংজ-লূরেল লৌরুরে খঙলকপগী মিকুপ্তা চাউবা য়াইবী লৌগনি শোয়দনদি লেপ্লরুনি, লুরিবদি অসিনি। মথং খনবগী ঈকাদা চংজরকপা থোকই খন য়াইবী থব্রায়-মক্তি কল্লগে মদুমখৈদি মখল্লি; লুব্রাং নরময়ৌ থীলহনসিসু লুরেদো; চীংখুবা ঐগী খুজিন্দগী চাউবা নঙবু নাথৈখরে— নোংদম মানা খঙথ্রবা লাইজিংকাদা ব্রাকৎলা, পুরেম্বা নোংদম অনীগী য়েরুবদি তাগনি নহাকথক্কী মীংচৎ-থী অব্রাফমদা তাবা য়ায়, তুংবুল্লিবদু থাদোক্তা কংলা তান্না পুসিসু পুরেম্বগী মব্রাসু চৎলি— হৌজিক মতমসে ! ঐনা'সুম খনবদা নরাল পূম্বা লোৎলগা ঈয়াম্বা ঈবুংঙো লাইজিংগী লাইজিংলেম্বী ওইনা ঙাল্লীবী, ঙারুংহঞ্জবগী মমোমলোই, ঈতৈমা ঈবেম্মা মা'ঙোন্দা চংজরবদি চাউবা নঙ; কনবীবদি ঙমগদ্রা— অসিমসু মখল্লি, নরাইবক য়েংবদা তাদৌরি । লাইজিংলেম্বীদগী হেন্দুনা মনেমগুম্না খনবনি পুরেম্বদি খদ্রাকপা !

চাউবা

সিনা ফগনি তাকপীবা ননাই লাইবক্তদি য়েংজরুগে মথং খনবা ?

চীংখুবা

ঈখূৎমক্না থাদোকপীরেহে চাউবা !
ঙমজরগা চেঞ্জখো লুব্রাং নরম য়ৌনবা,
থেংনগনি কীরবা নোংদম মাবু লম্বীদা—
লাইজিংলেম্বী মকাদা চংজবা নত্তনা উদে লম্বী নহাক্কি ।
নমীৎ ননাসু শিংনা উই, নরৌশিংসু লৈগদবা মীতা মাল্লি—
নহাকসে চাউবা ! চৎলু চৎলু য়েংজরুরো নরাইবক !

## অনীশুবা তাঙ্কক। মতেক-৩

*[লাইজিংলেম্বীগী শঙ্গাই]*

**পুরেম্বা**

*[লম্বীচংনা চংনা, মনিংদা লাইজিংলেম্বী ফল্লী, মনাক্তা চাউবা পীকশিন্না তাশিন্দুনা ফমলি, লম্বীতমক মৈ ঙাল্লী, মতুংদি মল্লি]*

খুমন ঈপু নোংযাইনা, পম্বৌ মাগা খুৎশম্না খোমলেন ঈমংদা লাক্লম্বা, পলেম মানা মকোকখুম ঈপু লাক্লে হৌদোক্লম্বা, আ: কবি মংগী মংদমনো কবিবুদি থোক্কবা ?

লাইজিংলেম্বী কোলোয-তম অযুকসিদা কাবকউ কবি চীংগোয তমগবা ? কবি থৌদোক থোকপনো ? যেংথিবনা য়ামশিল্লক ফত্ত'-নুংদা থোক্কববা ?

হে য়া: অচাচা ! নুপা মান্দেদা পুবেম্বা !

নোংমদা পোকপা মচানা শিনি হাযবগী কীফদে !

হে থাংজিং কোযবেল নিংথৌবা মপুগী নোংদম ঙাক্তনিদো !

*[চংলকপা, লাইজিংলেম্বী ফল্লম্বা উরদুনা খূকম্বা]*

**লাইজিংলেম্বী**

ঈদাইরেমও পুরেম্বা ! ঐহাক্না নঙবু কৌবদি—

অতৈ কবিগীসু নত্তেদো, কিথীকিরুম শক্তমপু ফিমু ফিশেৎনরিবা 'সিদা ফল্লীবা নুপাসে 'সিগীদমক্তনিদো। ঐবু পোকপা পম্বৌদো ঙারুংহঞ্জবা ওইরম্মী খঙঙিদনা পুরেম্বা ?

**পুরেম্বা**

অহোই ঈবেম্মা।

### লাইজিংলেম্বী

পম্বৌ মাগী হাত্তক্তা, মরুপ মণ্ডাই শান্নবা কোকপা কৌবা অথৌবা মোইরাংখোয়গী মরিনি, মোইরাং চনু নুরেকোইবী লৌখি হায়বতা নত্তুনা, লুৱাং নিংথৌ ওইরম্বা নুংবান খোঙ্গল তেলহৈবা— মোইরাং মরিনি, ঈবেন নুরৈতাংবী লৌখিদো; নুংবান খোঙ্গলনা য়েনবা লুৱাং কোকপনা পোকপা নুপাসে চংজরক্নি ঈকাদা, মমিংনা চাউবা কৌই হায় । খজিক কায়রুরমাল্লে মহাকসে নতাও ওইবা নোংদমদা ?

### পুরেম্বা

লাইজিংগী য়াথং নিজদুনা চীংনুংশোয়গী শোয়মাংদা খুন্দাহনখিবা ঈতাওদো ওইবীরব্রা ঈবেম্মা ?

### লাইজিংলেম্বী

কেগে মোইরাং লৈবাক্তা নোংদম কৌবা নতাওবু অনী অমুক শুরিবরনে খদ্রাকপা ? লোইশঙ মচাশিং থাদুনা কোয়থি থিদুনা পুরকউ থাগ্রবনি ঙসাইনা; নোংদম মাবু তায়নবা পুরেম্বা নঙতনা ঙমগনি । ঈবুংঙো চাউবা লুৱাং মচাসে, কনগে কল্লোই হায়বদো ঐনা ঙম্বা মতাং থোক্তা, লেপ্পা তারে নহাক য়াওনা ?

### পুরেম্বা

লাইজিংলেম্বী ঈবেম্মা ! লুৱাং চাউবা অসিনা চীংনুংশোয়দা লৈরিবা পাথৌ মাগী মকাদা কায়রম্ববু য়াওরবসু, লাল্লম্ববু থোক্লবসু চংজরক্লবা থোকইদো.... কনবীবনা চুমগনি । ঙাঙনজগে ননাইনা ঈবেম্মগী মীপুলোম, মমাংথক্কি লৈনৈ ৱাশক, নোংদম মাগা ঐহাক্কা ।

*[ঙাঙনরিবা মফম মনিংগী মৈ মমথবগা— মমাংদা ঙাল্লকপা, নোংদম অঙাং অমা পোদুনা লাইজিংলেম্বীগী শঙ্গাই পাংলকপা]*

নোংদম

লুবাং পৃঙদগী কুন্নকপা টিঙখল মকোক চাউবা কৌই হায়বদো— কদায়দবু লোৎপ্রবা ? মখোঙলোই তরুক অদুদি ঈখুবাক্তা লানখয়ে, মহাক্তা ঙায়রে থিরিঙৈগী লাংফমসিদা, লাইজিংলেম্বী কোলোই য়াথংনি অয়ুকসিদা কারকউ— চাউবা মাবু লোৎপরা, কল্লগে শিল্লবরা করিনো ? কল্লে কন্না হাংকনি ! কল্রে কন্দ' হাংকনি ! ঙমদ্রগনা নোংঙাগে !

[মনিংদা মৈ ঙানবগা চংলকপা, খুরম্বা]

লাইজিংলেম্বী ঈবেম্মা ! শঙ্গাই কোলোই য়াথংনা কৌখৎপীবা ননাই নোংদম্মু করি চীংগোয়বীদৌবা তাকপিয়ুনে ননাইদা, করি থৌদি পুজৌগে ?

লাইজিংলেম্বী

ঈদাইরেম নোংদম অথৌবা ! নোংদম নঙগী নকাদগী করিগুম্বা অমত্তং নিসিবা........ ব্রাহৌসনু নতাওনা। ঙাঙভু ঙাঙভু পুরেম্বা !

নোংদম

পাথৌ ঈবুংঙো পুরেম্বা ! পুরেন লাল্লোই চান্নবা শাম্মা-লেংগনমীন্নরকপা যাংগেনকায় ঈহুন তীন্নরকপা, উরাংমৈ নহা খ্বাংনৌ তীন্নরকপা ঈবুংঙো ! য়াবা নুঙশাংঙলককলেদা খল্লাংলেংথেংনদবা ?

[পুরেম্বগা কোন্নবা]

ঙসি ঐহাকপু কৌববু পাথৌ নঙনা কৌবরা ?

করি ব্রাবু চীংগোয়গে কৌবনোনে য়াংদৌরোই ?

পুরেম্বা

হৈচাবদা য়াকুমদবা, শীংনা চাবদা লৈশাদবা পাথৌও !

লাইজিংলেম্বী ময়াথং পাথৌ নঙবু কৌবদা— মদাইরেম ওইবা ঐবুসু য়াওরল্লমাল্লে অথৌবা, মমাংথক্কি ব্রাশক অমা লৈখিবা, ময়াঈ চমপ্রগদ্রা নিংশিংলক ?

**নোংদম**

**'ঐনা নীরে নঙনা পীবা, নঙনা নীরে ঐনা পীবা' !**

**ঈখেনুংনাংনা খঙগ্রসনু ! শক্লিবাশক শরিশো !**

**পাথৌ নঙনা হায়বদা নোংদম ঐহাক য়াগেকো।**

**পুরেম্বা**

ঈতাওদগী নীদৌবা ঙসি ঐহাক্কি পোৎশক্তি—

কেগে মোইরাং লৈবাক্তা পোম্বীগুম্না পাইশিল্লকপা চেক্লা অমা, পাথৌ নঙনা লঙজাগুম্না তাল্লকপদি ওইববা, মশক নাইবা চেক্লা ওইরম্লে; পাথৌ নোংদম ঙাকউকো শরি ৱাশক পীনৌকো ? পাইরকপনি লুৱাং নুংবান পৃঙদগী !

**নোংদম**

লুৱাং পৃঙদা তোংলম্বা চেক্লা ? হে ! লুৱাং মীচেল চাউবা ! থোক্লকউ লাউ ঈকায়দবা ! লোত্তুনা হিংবা য়ারবোই ! কদায়দদি লিংকনি ?

*[কোয়তান তান্নবা, পুরেম্বা নোংদম্বু ফাবা]*

**পুরেম্বা**

পীনি হায়না ৱাশকপা পাম্মুই অমুক পীররোই !

নুপা মচা মান্দেদা ?

*[ৱাহৈদুদা নোংদম ঈকায়বা]*

**নোংদম**

*[অশাউবা ফাথরগা]* পাথৌ ঈবুংঙো পুরেম্বা ! অশাউবগী মৈরীনা কোরৌ খেৎনা নোংদোল লাম, খাম্বী মৈতোল লামথোক্লুরেনে খঙহৌদা, ৱাহৈনা শাদাল্লুরেদো— হূইয়েল লান্দবগুম্না.....

লাইজিংলেম্বী ঈবেম্মা ! ননাই ওইবা অপঙবা ঙাকপীগনিদো ঈবেম্মনসু ?

*[লাইজিং, শেন্নবা অনী অহুমগা চংলকপা, ময়াম খুৱাম্বা]*

লাইজিং

হায় ! হায় ! তম্বসা ! চুইয়েল লাল থেংনবগুম লাইজিংলেম্বীগী শঙ্গাইদা ৱাগী মতীঙ থোক্তুনা ৱাহৈ কামজাউ হন্দুনা ঙাঙনরিবসা ! পুরেম্বা ! নহাকমক য়াওনা য়াওনা ?

পুরেম্বা

মপু ঈবুংঙো ঙাকপীয়ু ?

নোংদম

তাইবংলক্তগী অথোইবা নমুলক্তগী তোমহেনবা ! ননাই ওইবা ঐহাক্না কায়কুরবনি হান্ননা মরাল লৈতে ঈতাওগী ।

লাইজিং

নখৃত্তনা খৃৎশুথাং ননঙগন্দনা নম্বোপো, শাগী-লালগী ফিশেৎনা, লাইজিং ঐগী ঈকাদা চঙজরক্লিবা তম্বা নহাক কনানো ?

পুরেম্বা

হাকুম হায়বা কুমজাদা, ননাই ওইবা ঐহাক্না মপুগীকাদা হঙ্গৎচ'— চীংনুংশোয়গী শোয়মাংদা খুন্দহনখিবা ঈতাও নোংদম অদুনি ।

লাইজিং

শায়দাংবসু পীবীরবা মহাক্না করি থোকই হায়দুনা শালাউ লাল্লাউ লাউদুনা লাইজিং ঐগী শঙলাংমৈ ৱানা শাদাল্লিবদি ?

### নোংদম

**ননাইনা লানবা ঙাক্তনি ঙাকপীয়ুগবা ঈবুংঙো ?**

**ননাইনা চীংগোয় তমজগে তীল্লাং খোয়দাবীয়ুকো ?**

**ননাই ঐহাক্কী হাউনুবী ঙাংলৌ য়ূমখৈ ঙাকপীদো মৈগী মৈনীঙ কুমলিঙৈ, ননাই ওইবা ঐহাক্না নৌনা ফংজবা ঈচাগী খোইয়ূম লাইদি ঈরাংকে তরুকনিদা ঈপানগে লোক্তাক লেমলৈ তানগে চৎখ্রিঙৈ, ননাই ওইবী হাউনুবী টিঙখল তরেৎ চংদুনা তাংজ-লূরেল লৌরমলে।** তাল্লোই ওইবী মহাক্কি লমন শীঙগে টৈমশিংলু টিঙখল তরুক অমদি লম'খাংদবু য়াইবী থব্রাই লৌগনি ব্রাশক্কি ঈঙম তংখায় ফং; *টিঙখল মকোক চীংলকপা লুব্রাং চাউবা মহাকপু থিরিঙৈগী তাল্লক্তো লাইজিংলেম্বী ঈবেম্মগী য়াথংফং হিকতোকপদি ঙমজদা কাজরকপা অসিদা* পুরেন লাল্লোই চান্নবা পুরেম্বনা পীয়ুপীনি য়াথোকলু, ব্রাগী ব্রারম খঙদ্রিঙৈ ব্রাশক্কি ব্রাশক ঙারুবা পীথোক্কুরবা পোৎশক্না তাল্লোই হাৎপা চাউবা ওইরম *[কপ্পা]*ঈনঙ্গন্দা পোরিবা মমা লৈজদ্রবা পারি অসিনদি মীকপ থোক্না কপখৎলক 'লুব্রাং চাউবা হাৎকনি ঙমদ্রগনা নোঙ্গাগে' শক্কুরবা ব্রাশক্কা অনীপূন্না মৈচূরক, ব্রানা শাদাল্লুরেনে ননাইনা, ঈতাওমাগী মকাদা পীথোক্কুরবনি কাউথোক্কু...

মপুগী কোন্দা কায়খরে থৌগল্লোন্দি লানখরে মপুগী নোংদম তম্বীয়ু ?

### পুরেম্বা

**মপু ঈবুংঙো কূবীয়ু ? পাথৌ নোংদম্মু ঙাকপীয়ু ?**

**লাল্লুবসু ঐহাকনি কায়রুবসু ননাইনি। ময়েক মশোল খঙহৌদ' অমা কনগে ব্রাখল্লু, পাথৌ মাগী মকাদা অকায়বদি ওইরমলে; ঈতাও মাগী মহুৎশিন ঈরালগী ঈতিক থোকপদো থোঙগৎপীরোনে ননাইদা ?**

### লাইজিং

**ঈচা ঈনাইদনা কায়রমলেদনা অসিদি।**

**কেগে কংলা ফমদ্রবদি লুগদৌরি ব্রাফমসে .....।**

**লাইজিংলেম্বী ! নহাকসু কংলা ব্রায়েল কাউদি তমলেদো ?**

### লাইজিংলেম্বী

মপু ঈবুংঙো, হন্দক্কী মতাং অসিদি ঈদাইরেম ওইবা পুরেম্বা লাঞ্জদা মতাং থোকইদো । ব্রাগী ব্রাপু খিরবদি ননাই ওইবী ঐঙোন্দা শোয়দনদি তারনি । লুব্রাং চাউবা অসিবু টিঙখল মকোকনি খঙনা কল্লুবদি নংতেদো, ঐবু পোকপা পম্ফৈগী মঙায়গীদি মশুনি অদুগীদি ব্রাখল্লু নোংদম মাগী কাদগী কনবীয়ুতমক চংজরকপনি হামু হামুনি মীরাইরু, মরুপ ওইবা অনীনা ঙাঙনরগা য়াজনি খন্দোক্লু; তুংসিদা তারে নুপী হাৎপা চাউবনি; টিঙখল মকোক চাউবনি খঙলমবা ননাইনা মপুগী কাদা হঙ্গৎচ' অচুম অরাল থিবীয়ু তাকচরকগদবনি হান্ননা, অসুম থোকউ তম্বনা ঈরাল ওইররে হৌজিক্তা ।

### নোংদম

মপু ঈবুংঙো ঙাকপীগনি ? লাইজিংলেম্বী ঈবেম্মা ননাইনা মরক থৎচবা ঙাকপীগনিদো ঈবেম্মনসু ? চাউবা মাবু হাৎপা তূপ্পা হায়বদুদি ঈতাওমাগী মকাদা শিন্নজপ্রবনি ননাইনা । মমাংথক্কি ব্রাশকপু ময়াইচমহল পীথোকচপ্রবনি । ননাই ওইবা ঐহাক্না নুপা মানবা ব্রাৎপনা পেন্দবনা লাউথোক্লু নীংঙমদবা মখৈ তমথোক্লু ব্রাগী ব্রাকায় শুরুবা ননাই ঐতনা লানবনি । ঈশানা য়া'না পুজগে ঈরালগী পোৎথোন থোনবীরো ? মপুগী খূয়াখাদগী ফিগাউ শানা য়াজরি । নিজনিংবা অমত্তং পীনবীয়ু ......

*[দোং-দোং-দোং, চীংখুবা মীনাই য়াওনা লম্বীদা লাকপা; পুরেম্বা অমসুং নোংদমনা চংলকপগুম্না]*

### চীংখুবা

চাউবা মাবু কল্লবা মরাল শীদুনা লাক্লগে, কংলা থৌদি পুহল্লোই !

তুং ঈল্লকউহে লোইংমচা !

### লোইশঙ মচা

ফনি ফনি মথং খনববু ।

চীংখুবা

মী হায়বসিদি অফবনা কনানো, ফত্তবনা কনানো খন্দোকপদা ৱারেদা !

*[মনিংগী মৈ থাল্লকপা]*

লাইজিং

শিগে ! শিগে ! অমসু শিগে অমসু ঐ শিজগে,

কনাদনো শিরো হায়দৌরিবা ?

*[চীংখুবা চংলক্লগা খৃরুম্লবা]*

চীংখুবা

ঈয়াম্বা ঈবুংঙো ! ঈতৈমা ঈবেম্মা !

লাইজিং

ঈনাও ঈবুংঙো খুৎচুম্বা ! ফবেদা ঈনাও লেংলকপা; লেংশিল্লু, লেংশিল্লু ! ঈয়াম্বা তপ্না চীংগোয়রক্কে। ঙসিগী কোরৌ অঙনবা, নতৈমগী শঙ্গাইমাং, ৱানা শাদান লাউনরক, করি থোক্লে ৱাতেমগে নয়াম্বা ঐনা লাকপদা, পুরেম্বা নোংদম অনীগী নীঙঙাই শাংদান্নরম্বা মতাং অমা থোক্লমলে। ৱাগী ৱাপু থিরগা টিঙখল মকোকনি হায়রিবা লুৱাং চাউবা অসিনা নোংদম মাগী হাউনুবী টিঙখল মখোয় তরেৎ-চঙ তাংজ কক লূবেল লৌরুবগী ৱাফম ওইরমলে। পুরেম্বনসু খঙহৌদা, লাইজিংলেম্বী মকাদা চংজরকপনি— মরুপ ওইবা নোংদমদা মমাংথক্কি ৱাশক্তা ৱাখৈ ওইনা নিরুরে, নোংদম মানসু খঙহৌদা পীথোক্লুরবা ৱাখৈনা লুৱাং চাউবা ওইরম্লবা— 'টিঙখল ৭ হাৎকনি ঙমদ্রগনা নোংঙ্গানি' শরি ৱাশক কায়হললে, শিরগনি লেপলকলি। পুরেম্বনসু নিরকলি— 'নোংদম মাগী মহুৎশিন থাবুম মঙাগী মতোন্দা নোঙ্গাজগে' তকলকলি। অমনসু শিগে হায়, অমনসু শিগে হায় শিনি-শিনি ঈন্নরক করম্নদি ৱায়েলনি, লুরবা মতাং অমদা চঙকনরম্লী ঈয়াম্বা। ঈনাওশু অদুক মখল্লু।

**চীংখুবা**

ৱাগী ৱাহৌদোক ওইবিবা চাউবা কৌই হায়বিবা লুৱাং টিঙখল অসিবু হান্না ৱাতেম থোকপনা চুমগদবা খঞ্জেদো।

**লাইজিং**

মোইবাং কৈদা থমদুনা লুৱাং পূঙদা হলহন্দা, তককনিদা ঙাইবিবা নোংদম মাগী মচাসে চাউদ্রিফাওবা যোক্লবা শিন্থফাওবদি পীবমলে। মদু ফাওবদি য়ানবে; মকপ ওইবা অনীনা। চাউবা মাগীদি লুদবে; লুবিবদি অমনসু শিগে অমনসু শিগে মহুৎওই, শিজগে শিজগে সিগী ৱাসিনি লুবিবা।

**চীংখুবা**

নোংদম মানা শিজগে হাযবিবগী ৱাফম্না ?

**লাইজিং**

মাগী তাল্লোই হাৎপগী মঙশক তানগনি তবেৎতা ঙমদ্রগনা নোঙ্গাগে শক্তোকখ্রবা ৱাশকক্তো—

চাউবা মহাক হাৎপদি ঙমদবদি তাববা শিফম থোক্লে অসিনি। থেম্বা যদ্রি ঐহাক্লা মোইবাং ফমদি ফম্নাইবো।

**চীংখুবা**

পুবেম্বনা শিগনি হাযবিবগী ৱাফমদি ?

**লাইজিং**

চাউবা অমা কল্লুবা— নোংদম মানসু পীববা, মকপ ওইবা অনীগী ৱাশক্তুদি কোক্লবে, চাউবা মাগী মহাকথক; অসিগী মখা তাবদা, চাউবা হাৎত্রগা শিগনি নোংদম মাগী ৱাশক্তো মকপ ওইবা মহাকশু শকফম থোকপা ৱাশক্লি লৌবে খদ্রাকপা মহাক্লা।

## চাংখুবা

হাৎত্রগা শিগনি ব্রাশক্তো— ব্রাশক অমনা কনখ্রবা; শকখিবা ব্রাশক চুম্লে-লৌ *শিবগনি* অমুক ব্রাশকপা: *নুপা মচাগী* ব্রাশক্তি শকখ্রবদি কায়হৈদে, ব্রাশক *কায়বগী মহুত্তা শিবনা হেন্না লাইনরি;* ব্রাফম অসি য়েংদুনা অকায়বনা কনানো ? কনানা মরাল ফংফম লৈ খন্দোকপনা চুমগদ্রা ?

## লাইজিংলেম্বী

ব্রাশক ! ব্রাশক ! ব্রাশক ! কনানা থাজনরিবনো হৌজিকপু ?

ঙবাং শকখ্রবা ব্রাশকফাও ঙসি কায়নববসিদা ! অচুম্বা ব্রাতেম্বীগে হায়রবদি টিঙখল মকোক চাউবসে কনবীগে হায়বা লৈরগদি কবিগী কৈদা থমগনি ? লুব্রাং মবমদা থিনবাঁখিবদি যাদবা ? নোংদম মাগী তাল্লোই হাৎপা চাউবনি মবাল লৈবে খল্লবা, নোংদম মানা হাৎত্রবসু লৈবাক লাইজিং পাল্লি ! কংলা ব্রায়েল ফম্নগা মবালগী মতীক থোকপদো খাংজেংদবু শাবেল চল তাংজ লূবেল লৌফম থোকই লৌফৈনা ?

নোংদম মাগী লাংজেলনা তাল্লোই হাৎখি হাযবগী কেগে কংলাদসু ব্রাকত্তা, ঙস্মি হাযবা মতাগুম অফং অফং তান্দুনা টিঙখল ৬ হাৎখবে, মদুগী মবাল থিবগা লাব্রবাফমাদ থোকইনা ? মদু পূর্ম্বদি থুপচানা অথৌবনি কাঁবগুম-মোইবাং ফর্মদি ফম্নাইবে হেক্তা মবালথোকপীবা ? মমাংথক্কি হাকতক্তা ঈকু ওইবা লাইজিংনা শুক্তা নাউতাদে পেঞ্জদা, ঈনাও ওইবা চাংখুবা খোমদোন খূৎচুম্বা ঈবুংঙোবু মথং খনবা হাপ্তুনা কেগে লাইজিং হাপকনি শবি ব্রাশক শর্কখিবা, কংলা য়ূর্মাদমচাক খাংদুনা লৈবাক পুংজাউ থীন্দুনা মচা শক্না য়োকখিবা, মপু ঈবুংঙোনা শককোংলক অশেংবা লাইজিং ঈনি খঙলকঙৈ, চাংখুবদি ঈনাওদা লাইজিং ফর্মদি পাঁখিদে; ব্রাফমদুফাও লৈবনি শরি ব্রাশক কাযখিবা ?

## লাইজিং

ওক্লে ! ওক্লে ! লাইজিংলেম্বী । *[শাউনা]* হন্দক্কী ব্রাফম অর্সিদি নুপীথৌদি থোক্লেদো ! ঈনাও ঈবুংঙো খূৎচুম্বা ! লোইশঙ মচাশিং থাদুনা ফম্নাইবশিং পাওজেল্ল ! ঙসি কংলা ফম্বা তায !

## অনীশুবা তাঙ্কক । মতেক-৪ ।

*[পুরেম্বগী যুম, নুমিদাং, তাবু মাংদা থমদুনা খদ্রাকপী ফিরোল লোইশিল্লি; য়ূরেঙ্গাম্বী অপাবা ফি অমা মপান্দগা থূপচিন্নবা পুসিল্লকই, অঙাং অমা পোরগা হুম থেম্না থেম্না । লাই হরাওবগী নুংঙাইরবা পুংগী মখোলদা তপ্না তপ্না অনী ব্রারী শান্নে । ফি অদু নাকল অনীদা মখোয় অনীনা নাম্ম নাম্ম চীংদুনা থূপচিল্লি]*

**খদ্রাকপী**

হৈপ্রেদকো য়ূরেঙ্গাম্বী নহাকসে ! শুরে চাল্লে নঙতনি, ঐহাক্তিনে থূপচবফাও ' হৈতেরি । অসুক পাগ্রবা ফিসিবু কয়াদা হৈনা শুরকপা, ইনবদনি ঐহাক্তি ।

**য়ূরেঙ্গাম্বী**

হাকূমগী হরাও লাইবুঙদা লমজেল মুক্না নুমীত্তা চীংথ্রাউ মপালগী মপাল লোনবী ফনেক্না ফিদোল চীংখৎ শেৎলগা ... 'সিগী ফিসি ইনবদো... ঈমিৎসিদা শঙ-শঙ উই, ওম্বোক্লসু পকচনা পকচখরে ঈবেম্মা । হেন্দে লাইজিংলেম্বীনা মথং খনবী মনাওগা অনী চংনা পা'বদা, চা'নখরে ওম্বোক্না কুপ্না চনবা ফিবানসে ঈবেম্মগী নমলেনথক, ঈশু'তানা শুরগা পা'রবা ইন্নফি অসিনা লূপ্লাংকুপ্ন' ইনব'দা ঈবেম্মগী কূচু'ঙান, খূত্তা মেল্লৈ পায়রগা মুক্নারোইশিংদা লানখিবদো— পানিঙঙাই কনা য়াওখিদে.... পকসু পকচখরেদা ! হা: হা: হা: *[অনীমক]*

**খদ্রাকপী**

থাগৎখো ! থাগৎখো খরগা !

ঈমুল হেক মুল্লী তা'বদা হা: হা: *[অনীমক]*

**য়ূরেঞ্জাম্বী**

চেংগে পাংলেন 'সিদগী খদ্রাকপীগী ফিশেৎ'না—
*ঈবেম্মনা দোলাইতোং, খদ্রাকপগী তুংঈন্না থাংজিং লাইবুঙ কাবদা মোইরাং মীয়াম্না ঙাঙনৈদো— 'ফজে ফজে' শোন্নৈদো। থৌগল ওইনা ঈঞ্জবী ননাও ওইবী ঐখোয়ফাও— লেমজে থৌগল ঈঞ্জবা!*

**খদ্রাকপী**

য়ূরেঞ্জাম্বী ! নঙনা থাগৎপা তার'গা য়ৌহন্নীংলেদা হরাওবা হকচাংসিনা ব্রাঈ শঙদবা অসিগী খল্লুরবদি ব্রাংহন্নিংল্লি খরদুম *[মখূৎনা অঙাংগী থাশিং পারগা]* পোইনু থানিকো হৌজিকসে ?

**য়ূরেঞ্জাম্বী**

*[মখূৎ থেক্লা পাঈ]* থাগী থাবুম অহুমদং তঙঙাইদৌবা ব্রাংলিদো; খোঙকাপ নুরা মশিংকায় লৈরাং লৈহনখিবগী— ননাওনা খূৎ থেক্কুনা পাব'দা থাবুম তরেৎ হায়রকলে, ফাইরেন থাগী থামৈদা নত্রগসু লমদা থাগী থাবুংদা শোয়দনদি খঙলনি—নপারি ওইরে উরনি, নম্মোম শাংলে খঙলনি।

**খদ্রাকপী**

নংগনিকো ঈবেম্মা ? ঈবুধৌ থাংজিংলাইমাংদা হরাও লাইবুঙ কাদুনা জগোয় খূৎথেক কৎচবা....

**য়ূরেঞ্জাম্বী**

নংলগনি শোয়ররোই ! ঈবেম্মনা থৌবু'পু ফম্নাইবী লোইশঙ তীনবদা শেন্নজহৌগে ঐহাক্তি ঈবেম্মগী অঙাংশিং ?

**খদ্রাকপী**

য়ারোই য়ারোই হন্দক্তি ! হাপহনগনি শোয়দনা নপুরোইবা য়ূরেন্দা লৈকায় লাকপা ওইনবু, ফম্নাইবী লোইশঙ মরক্তা তীলহনগনি নহাকসু চেংগৈরাকপী ওইনবু। থৌগল লাঙ্গল য়াওহন্নি [অনী নোকনৈ] ।তাবুনুংদা য়াওরিবা ফনেক ফিরোল মরক'তৈ পাম্মী হায়বতা খঞ্জৌকো ? য়ূরেঞ্জাম্বী নঙগীনি পীথোক্কে অমা খাক্তনা [অনী হরাওনা জগোয় শারকপা]

"লমলেন্না খোয়রিতাক, নোংগাংখোং, লৈতাংখোং,

থামংখোং, থামংতাক; থাঙ্গ ঈথিং করাংচীং,

চেক্লা উশাইনদি কোয়না কোয়না পাই কয়াদা নিংথিজরিবা ?"

*[পুরেম্বনা থোং হাংনবা মপালদগী কৌরকপা]*

**পুরেম্বা**

ঙাংখচনু ঈবেম্মা ! তারিবরা নহাকপু ? থোংগী নাতৈ কাংলবো ?

**খদ্রাকপী**

য়ূরেঞ্জাম্বী ঈবেম্মা ! নবুংঙোদো হল্লকলে, শীন্নরম্মু ঐঙোন্দা ঈমোম ওইবী লাংলেলহল, থোংগী নাতৈ কাংলম্মু !

*[য়ূরেঞ্জাম্বী থোং হাংলুরগা অমুক চংলক্লগা অঙাং অদু হুম থেমদুনা মনিংদা লেপ্পুনা লৈ]*

*[মথক্কাই নুংঙাইতনা মরক্তুদা শোল্লী]*

ঙসি কোরৌ নোংজাদা ঙাংখ-চনু কৌখিবা শীংলেনগীদি মব্বাহে

কৌথোক্তনা কৌইদা ?

*[পুরেম্বা চংলকপা]*

শীংলেন-ও ঈবুংঙো ! কেগে ফমদি নাইবনা মোইরাং থৌদি পুবনা অয়ুক চাকচমাং খোঙলেংখিবা— খোমলেন তূমখূল তাল্লমদায়দ'দা হল্লকপা—

'য়ামগ্রবোইদা থৌবু ? পুথ্রবোইদা ব্রাথোকসে ?'

**পুরেম্বা**

*[মুন্না খল্লগা]* ঙাংখ চনু ঈবেম্মা !

**খদ্রাকপী**

*[শাওনা]* করি কোলোইনো অদুবু ? *[তেংথাবগুম]*
তাজখিদ্রি ঐহাক্তি শীঙলেন ওইবা নহাক্না মীঙ্গৌ অদু কৌখিবা ?

**পুরেম্বা**

*[শাওনা]* হয়েংদগী হৌদুনা মোইরাং থৌদি পুররোই !
*[য়াম্না তপ্পা অমুক]* মোইরাং লাইজিং মকাদা হাইদোক্লমলে খদ্রাকপা ! ওইদ্রে নঙসু খদ্রাকপী ! ঙসি কোরৌ'সিদগী 'ঙাংখচনু' নত্রগা 'খুমন ওংবী-মৌ' অনীসিদগী হেন্দ্রেদো.....

**ঙাংখচনু**

কৃমসি কালেন হরাওবা হরাও লাইবুঙ কাদুনা জগোয় খৃৎথেক কৎকনি লাংলম্বসে
—তেক্লেদনা অদুদি ?

**পুরেম্বা**

হরাও লাইবুঙ কাদুনা জগোয় খৃৎথেক কৎপদি—
খদ্রাকপী ওইদ্র'সু ময়াইনা ?

**ঙাংখ চনু**

মোইরাংফমদি নাইদরে চীংগোয়বীখিবা অদুবু ফিগৈ শেংলবা অচুম্বরা ? অদুগীদমক শেংনবু ঙাংখচনু কৌবীবা ব্রারৌজদেদো শীঙলেনও।
শীঙলেনগী চেংলৌনা নুংশুক নুংজানবা মতৌপু হনবীরকপা অসিবু
মোইরাংফমদি নাইদরে খোয়রাংবগী খোয়শাউবরা ?

## পুরেম্বা

মোইরাং ফমদি নাইদবা লাইজিং থৌদি পুদবা মদুগীদমক য়ারোঁদে—
খোয়রাংবদি নত্তেদো।

## ঙাংখ চনু

শীঙলেন ওইবা নহাক্না মোইরাং থৌবু পুদ্রবা শাফরনি নুংঙাইজে; ননাই ওইবী ঐগীদি ঈবুধৌ থাংজিং লাইবুঙদা থৌনিজবা ফংজবা অদুমখৈনা ময়ারে। চীংমীগুম্না চীংদা-কা', তম্মীগুম্না তমদা-তা', লৌমীগুম্না লৌবুক নীন, ঙামীগুম্না লোক্তাক কুম— শীঙলেন ওইবা নহাক্কি তুংঈঞবতা ফংবনা শরুক চাম্মা হেনগনি। ফম্নাইবনি হায়দুনা অফা-অপূন লেনবসে— কৎলবনা ঈরনশক, মীগী মচাকচাবসে মীহৌজদে ঐহাক্তি; মোইরাং কল্লকচাউবনি ঙাঙনবতনা মহেল্লি। য়ৈথৎনবদি লাক্লবা অকায়বতবু থিরকপা ঈনাসিনা তাজরে, অদুম্নদি ওইবগা নুপাথৌদি থৌজাউনি তোক্লোহায়সু হায়ঙমদে, খাঙজবকপনি কয়ানি। ফর'গনা থাগৎপা চাউব'গনা য়ৈথৎনীং'— চৎনরিবা লোনচৎসে খঙজরক্লে ঐহাকসু। শীঙলেন ওইবা নহাক্না মোইরাং থৌবু পুদ্রবা, মোইরাং শায়বু তাংদ্রবা— খুমন পূঙদা হন্দুনা ঈচাশিং চাউনবা য়োক্লুবা, মীচমগুম্না পুন্সিলেল — কৃইরবনি পাম্লকপা।

## পুরেম্বা

*[হৌনা]* খমহল্লনি ঈহাকথক ! মোইরাংদদি শায়দাংবা !

খল্লকলবনি ঙসিসে 'মোইরাং শায়দাং খল্লগে'। ঈমোমওইবী লাংলেলহল খুমন শায়দাং খম্নীখন— 'খম্নু' হায়না থোল্লগে, মাগী মখা তাদৌবা পারি ওইনা শাৎলবা 'খম্বা' হায়না কৌরমগে। লুরিবদি ঈবেম্মা ! খুমনপূঙদা হনবদি ঈহাকথক্তা ওইররোই। ঈপুওইবা নোংয়াইগী য়াশক ঙাক্লবা নুপানি ঙাঙনহৌরনি তূংলমচৎ ! লেপ্পসিরা খল্লকলি, ঈমোম ওইবী লাংলেলহল— মাগী মখা তাদৌবা পারিনিদি খঙদ্রিবা, ঈমোম্নীদি উদ্রিবা, চেংলৌ শক্তংউরগা— ঈশাবী ওইবী নহাকয়াও ন'মা-ন'চা অহুমপু, নিংথিথেলন্দা থীন্দুনা, শিন্নরমসিরা য়োক্লবা— শলাং মাগী মকাদা......

**ঙাংখ চনু**

**করি য়াবানো শীঙলেন ! নহাক লৈনা’ লৈন’বু শিন্নগদৌরিবা কনাদা ? শীঙলেন ওইবা নহাক্লা চৎলি চৎলি খুদিংদা হৈনা নতুং ঈঞ্জগে ? *[কপ্পা কপ্পা]* ব্বাগী ব্বারম ফাৎপীয়ু মরৌ য়াওবা চীংগোয়না তাইনবীনু ঐহাকপু ! *[কপথরকপা, মনাও নুপীদুসু মবেম্মনা কপ্পদুদা লেংদি লেংদনা সুৎ সুৎ কপ্পী]***

**পুরেম্বা**

*[মথন্নতা শোল্লী]* হায়দোক্লসিগে করম্না ? হায়প্পরোই হায়নদি লাকপনি । তা’রক্কনি তাক্ত’সু; *[ওনসিল্লক্লগা]* হায়দোক্লগে ঈবেম্মা ! ব্বা’গনিখন্না খাক্লরোই । শীঙলেন ওইবা ঐহাকসে লাল্লুরেদো ঙসিদি ঈতাও ওইবা নোংদমকা, শরি ব্বাশক থৌরুবা ওন্নাতৈনা থোক্তুনা লৌশিল্লক্লে হন্ন’মুক, শক্তোক্লমলে ব্বাশকওই; ঙসিদগী পারগা— থাবুম মঙাগী মতোন্দা মলংপূঙদি ওইরিবা নমু পূঙদি থাদোককে খোইযুমপূঙদা তীনপ্পগে ঈতাও মাগী মহুৎশিন, ব্বাশকলমলে ঈবেম্মা ! নোংদম মাগী হাউনুবী ন’তা ওইবী মহাক্তে-লুব্বাং টিঙখল তবেৎনা তাংজ কক লূবেললৌ হাৎখিবগী ল’মল শীঙগনি ঙমদ্রগনা নোঙ্গাগে ব্বাশকপা, পাথৌ মাগী ব্বাশক্তো কায়ননবা শীল্লুবা শীঙলেন ঐঙোন্দা থোকখবে; মকপ্তা মপাংদা কাযকরবা ঐহাকসে হিংলুবগী কান্নদবে। পোক্লবদি শিবাতায়, শাৎলবদি কেনবাতায, মালংপালগী লেংদ্রবা উরবদায নহাকসু ? লৈখোক লোইরক, পুস্সিগী লৈচু লাংশিল্লক লঙলুবা ঈরান্না কেনবাতাবে ঐহাকসে— থাবুম মঙাগী মতোন্দা । চেক্লাগুম্না তৃম্মাপাই লেঞ্জমীন্নবকপা ঐখোয়নী নাম্মা শেৎনৌ তন্নকলে । কপকনুকো ঈশাবী ! ঐগী পোল্লোই খোঙফমউ, ব্বাগনিকো হেন্নমুক, নঙগী তেংথা তারগা খোঙশানবদি ব্বাগনি । পাম্মু নপাও তারগা পেৎলরোইদবা থম্মোয়দা চাইরগনু পীরাংনা ! লাকমীন্নরে ঈবান্নী য়াংদৌ লম্বী ফন’শাং । ঈমোম ওইবী লাংলেলহল মাগী মখা তাদৌবা— পারিনিদি খঙদ্রিবা ঈমোমনিদি উদ্রিবা মহাক্তুবু খঙখিনি; খাঙখো নঙসু ঈশাবী মদু-ফাওবদদি নহাকসু । ‘খুমন শলাইতদি মুত্তনবা শেন্নখিসি ঐখোয়নী !’ থাবুম মঙাগী মতোন্দা শীঙলেন ঐগী লূরেলসে লোইশঙ-খাংজেং মমাংদা ককপ্পসনু য়াপ্পবা ব্বাশকতু’দং পাঙনবা ঈশাবী ওইবী নহাক্লা পাঙ্গল হাপখো ঐহাক্কি ।

*[হীক হীক কপখৎলকই ঙাংখচনু— মথং মথং কম্না লাউনা শাগুম্না লৈখিবা মতৌ হঞ্জিল্লকই; অদুদগী মীরোল তারকই, হন্থরকই হীক হীক; য়ুরেঙ্গাম্বীনা থেম্মী মচানুপী পীদুনা]*

**ঙাংখ চনু**

*[কপ্লুবগী হীক হীক হন্থরকপগা লোইননা]*

*মীগী মীরোল থোক্লিঙৈ; ঙাংখলমগী লমজাউদা অঙম-ঙমদা তান্নজ'*

শাহিং ঙাহিং চাদুনা হীংজরম্বা ঈপুন্সি,

পাম্বা কৈগী শারাক ওই শিজরম্বনা ফরম্মী।

তাইবং মীরোল থোকহনবী পাম্মু নুংশি খঙহনবী, নম্মু চীঙ্গাক পীজবী—

অহাও হাওতা' খায়বসু— হৈহল্লে !

ঈমোম ওইবী লাংলেলহল ঈচাগী নুংশিবা খঙলকঙৈ, ঈমোম মাগী মখাদা খোয়জি খা'দা মীহুলওই নাউপুরিবা মীরোলসে অসি-ফাওবা নুংশিরে।

শীঙলেন ওইবা নহাক্না ঈমাংথানা নোঙ্গাবা অমুক্তসু খল্লুদরি, ব্রাখলদুদি ঙসিফাও ! মীনূ চঙলবা মীরমসিদা কনাদনো চংলুগদবা ? কনাদবু চৎচ' হায়জ' য়োককদৌরিবা ঈচাশিং ?

*[হীক হীক......]*

মথং মথং থোল্লক্কদৌরিবা পুন্সিগী পোৎলুম কয়া কয়া—

কয়াদি লুশিল্লকলবা ?

*[শাওনা]* করিগীনো ? ঐহাকপু শারক্তগী ফারগা অমগা অমগা নুংশিনদ্রবা মীরকসিদা তীলহনবীরম্লীবা ?

*[তপ্না]* শিবা হায়বদুনা শোয়দ্রবা.....

শীঙলেন ওইবা নহাক্কি মমাংথানা শিজগে ?

হিংবা হায়বদুনা হিংলকলিবা ঐহাকসে, ঈমা ঈপা কনা য়াওদনা হিংলকপগুম —ঐহাক্না, হিংজসনু ঈচাশিং— কনাগী মতেং য়াওদনা ! মনিং তম্না মখোয়গী— মালেমসিগী মালংপাল !

## লোইশিনবা

### ঈশৈ শকপশিং

— হা: ঈ..... মপু কোন্দবু কায়দবা
লাইঙ্গিং কোন্দবু লান্দবা !
মোইরাং থৌবু হীকতোক্ত' লৈঙাক থৌবু য়াওরম্বা
খদ্রাকপদি ওইদুনা অপানফমদি ফন্নম্বা
মরাল লৈজদা পুরেম্বা মোইরাংফমসু ফমদ্রবা
মরন্নাইদা থৈজিনবী পুথোক্লকলে ঙসিদি......।।
— হা: ঈ..... থাবুম মঙাগী মতোন্দা
শিজগে হায়বা ৱাশক্তা কেগে কংলা' ৱাখৈবী
শিজরো মরাল পীথ্রবা য়ৌশিল্লকলে ঙসিসে.....
হো..... থাবুম মঙাগী মতোন্দো ।।

*[পুরেম্বা পুশিল্লকপা]*

— হা: ঈ..... কেগেগীদি মীথাপৃঙ
মোইরাং মীতৃফম পানম মীয়ানফম অসিদা
পুশিল্লকলে পুরেম্বা শিজগে হায়বা ৱাশক্তা ।।
— হৌখিবা থাবুম মঙাদো হঙকৎনবু য়েংলবা-
চাদ'-থক্ত' ৱাখলপু তৃমদা নৃঙজানবনা
ওইখি ঙাংখ-চনুগী থাবুম অহুম তঙঙাইখি
মৈগী মৈনিং কৃম্বফাও......।
— 'খম্বা' কৌরম্বা মীরাউখোল খমখি তাইবং মীওইপোক
ঙাংখ চনু মহাক্কী..... ।
— অঙাং মীকপখোল তাবদা তৃজুংদবা থম্মোয়পু
মশাবী কায়না মৈচেঞ্জ' থাবুম অনী খাংলকলি ।
— শীন্নজরমলে ঙসিদি মপারি মমোম অনীবু
য়ূরেঞ্জাম্বী মঙোন্দা থাবুম খরা য়োক্লবা ।

— অদুগী মতুং তাবদা শলাংথেন্দা থাদুনা খুমন শরেপ ফাহল্লু মদুনা থৌদা
ব্রাহৈনি ॥
— হা: ঈ..... হৌখিবা থাবুম মঙাদো হঙকৎনবু য়েংলবা.....

*[ফম্লাইবা ময়াম চংলকপা]*

— *কেগে কংলা ফম্বাল্লক নোংদম মাসু ফমখরে
থোঙলেন হায়না কৌদুনা ঙাংলৌ লাকপা ওইদুনা ।*
— কৈদা থম্বা চাউবসু কৈগী কৈসুম থৌদাং কোক
মোইরাং নোংথোম্বা হপ্পুনা অপানফমদা ফমখরে ॥
— হা: ঈ..... মোইরাং লাইজিং মপুনা মীরাইখরে পুরেম্বা
থৌওইদনা লৌখরে, মথাই কনখি কাওখরে ।
— মোইরাং মীচম ফাওবনা থৌওইনবু খন্নদ্রে,
হাৎপদুদা ময়েংনীং ঙাংঙোই চোন্না তীনখরে ।
— কনসি কনগে ব্রাহৈদি ঙাঙনরক্তে কনানা
ঙায়নরক্লি খাংজেংদা কুম্মে ওইনা য়েংদুনা ॥

**পুরেম্বা**

হে থাংজিং কোয়রেল নিংথৌবা !
ঙাংঙোই লাইজিং চৈহৌগী চীংঙু কোরৌ নোংদোলহনবা
কেগে খোইরা য়েলহৌগী য়াইবীপোকলেন অরূবা
য়াইবী পললোই তানবা নোংচুপ তোনপাল নিংথৌবা !
মোইরাং থৌদু নুংলাই শাগৈ অহুমথক্তা ফমদম্বা
য়োৎপাক পনপাক লোইবা য়োৎলোন পনলোন খাবা
য়ূমশা লমশা তোকপা কাম্বা কাংদ্রুক শারৌহৈবু
য়াউরৌ কোনবু খানা কোঞ্জনবা !
শাজি শাঙাই কোনবু কোনমা তৈবা ঙানু কোনসু শেম্বা
নমু মীপোকপা, খোইয়ুম নঙাল হকপা
চীংঙু মালেম লৈশেম্বা ঈবুংঙো—
ননাইবু লৌশিনবীয়ুকো !!

## ঈশৈ শকপশিং

— লাইজিং মাগী ময়াথং বাহে থোক্লা লাউরকই !

**লাইজিং**

য়োয়ময়াই মালেম অঙানবা
মঙাংদগী লুবাংপাং চাইথরক্লে কোরৌসে
হৈরাং হৈথাবা লোইরকলে লৈরাং লৈকংপা হৌখরে,
পুরেম্বা মাগী বাশক্তো পাঙজরসনু মঙমওই
নহৈরোল শক্লো মাইবসা !
তাংজ লূরেল লৌদুনা নুঙগোইবীদি চল্লুরো !

**মাইবশিং**

হুম..................

*[লাইনিংবা হেক লোইবগা অদুম শিরবা পুরেম্বা ফিভম কায়দনা লৈরি, মখুৎনা মাদুনা শঙলীঙবনা মঙক কক্লবা থাংফম য়েংবদা তুথরকপা]*

**শঙলীঙবা**

খুক্ক খুদক লৈতানা ঙায়রক্লিবা পুরেম্বা
থবাই মীরেল য়াওরমদরে !

*[ময়াম চেনশিন্নরকপা - মাইবা হঞ্জবনা থৎপা]*

**মাইবা হঞ্জবা**

তাংজ ককপা য়াররোই ! তাংজ লূরেল লৌদুনা নুঙগোইবী চনগনি থৌরাংলুবা শিরম্বনা হাল্লমলে ! মথৌ মঙমদং পাঙনবা মোইরাং নাম্বী মপাল তান্না পুদুনা হকচাং লৈরোল চল্লুরো !

ঈশৈ শকপশিং

অসুম্না সুম - সুম

কেগে মোইরাং লৈবাক্তা শায়দাংলম্বা পুরেম্বা
মথৌ মঙম লোইদুনা তাইবংপালবু থাদোকপ্রে;
কবুই শলাং মহাক্না নিংথি থেন্দা পুখরে
মমা মপা শক্তুনা য়োক্লুনবা অনীদো
খম্বা-খম্নু কৌদুনা শীঙনরক্লবা মোইরাংগা ।।

লোইরবা

(মায়খল থাদবা)

# ৱাহৈশিংগী ৱাহম্বোক

## অহানবা হৌবা

**খম্বা-য়েলহৌ :** খম্বা অমা হৌরকখিবগী ৱারী, করম্না খম্বা পোক্লকখিবা, হৌরকখৈ।

**কেগে, মোইরাং, ঙাংঙোই, ঈৱাং :**

(১) মোইরাং তুরেল (নাম্বী) মপালগী নোংপোকথংবা লৈকায়শিং, খুনখা নত্রগা খুঙ্গা হায়নসু খঙনবা, লৈকায় ৮ গী মনুংদা ৪ লৈবা (শেকলৌ তূমলৌ, ওকচীন, থাঙ্গ ১সুং খোইনাইওম্বু) লম্বু কেগে হায়না খঙনৈ।

(২) মোইরাং তুরেলগী নোংচুপথংবা, খোইরম নত্রগা খুম্বুক হায়নসু খঙনবা, লৈকায় ৮ গী মনুংদা ৪ লৈবা (ঙাংলৌ, চেংগৈ, ঙানখা অমসুং খাম্বী) লম্বু মোইরাং।

(৩) লোক্তাক্কী খা-নোংচুপকি খোঙবান পুম্নমকপু কোনশিন্না মোইরাং অমসুং কেগে পুল্লগা অদুদগীসু হেন্না চাউনা নিংথৌখোং, লৈতাং, থাংজিং চীং, ক্বাক্তা, খুগা তুরেলফাওবা কোন্না খঙনবা লম্বু— ঙাংঙোই।

(৪) ঙাংঙোই লমদা লৈবা মীবু- ঈৱাং, ঈশিংদগী ৱাংনা খুন্দবা লমগী মীশিং।

**লাইজিং :** মোইবাং নিংথৌ মহুত্তা কৌনবা মীং অমা, অতৈ অতৈদি— ঈৱাং নিংথৌ, লৈকোই মপু, পোংলেনহনবা, ঈৱাং পুরিক্লাই; নয়ু নিংথৌ, পূবাং নিংথৌ, ঙাংঙোই মপু, ঙাংঙোই নিংথৌ, ঙাংঙোই লৈমাবা।

**অদুঙৈগী :** মমাংঙৈগী; অদু- হৌপ্রবা, অসি- হৌজিক, অহেং- লাক্কদবা (হয়েং)।

**নাউয়োকপা :** অঙাং য়োকপা, চাউনবা য়োকপা।

**কূমগী কূমশিং ফাদ্রিঙৈ :** কূম- চহি; চহি ফাদ্রিঙৈ; কূম মশিং অমা ফাদ্রিঙৈ।

**লমহেল্লক :** লমহেল্লকপা, লম- ঈয়ূম ঈখূনগী ৱাংমা।

**পাঙ্গলবা :** মপাঙ্গল কনবা।

**খুমনচাদি :** খুমন মচাদি।

**খদ্রাকপা :** মোইরাং ফমগী মকোক, খুমনগীদমক্তা শেমখিবা ফম্নী হায়নৈ; মোইরাং নিংথৌ অমসুং মথং খনবা অনীগী মখাদা লাংজৈ (অহুমশুবা) ওইবা ফম।

**অহানবা তাঙ্কক। মতেক ১।**

**লোইশঙ খাংজেং :** নিংথৌগী লোইনবশিংগী (পূনফম) য়ূম, খাংবদা ৱাবা থৌ; মোইরাং লাম্নীশিংগী পূনফম, লৈনবা য়ূম; অৱাবা খাংফম; মীহাৎপৃঙসু ওইবা,

খাংজেং লাইরেম্বী লাৎনবা মফম।

**চুগু :** শাউন্না শাবা থাং-তা গুাকথোক্লবা, তা পায়বনা শাগোন্নবা; হকচাং অমা থূম্না চনবা; চুগুগোই- অকোয়বা থাং পায়বনা পায়বা।

**কোম্নায় :** লাইগী শক্তম্ মীগী মমায় মান্না শাবা, কোন্না (পথ্রাইনা শাবা) মমায়।

**খাংতপ্পা :** তংখায়দা, খ্বাংনা হকচাংগী তংখায় ওইবদগী লৌরকপা।

**নাবা :** ঈমান্নবা; নাবী :- ঈমান্নবী; নাসা- ঈমান্নবা ঈমান্নবী ময়াম্মক- নখোয়না; লৈরি নাবা (লৈবাক মথং মথং পবেং থগুনবা); লৈপন নাবা- লৈপন থোনবা; কিন্না নাবা- কিন্না থিনবা।

**নোংনা চুপ্পা :** নোংচুপ।

**কোকথোং :** কোক্তা থোংগৎপা (পুনবা)।

**মায়চৌ :** লাইরিক লাইশু হৈবা অখন্নবা মী।

**লানপুঙ :** লাল চংনবা কৌবদা য়ৈনবা পুং।

**হীকতোকফদরেদো :** হীকতোকপা- শীদোকপা; ফদবে- ওইথোক্লবোই; থাদোকপা য়াদ্রে, পাঙদবা য়াদ্রবা।

**অমহানি :** অমাত্তনি; অমগা অমগা চপ মান্ননা- খঙমিন্নবা, খঙমিন্নদবা মান্নবা।

**পাংদৌরি :** পাংগদৌবি; মায়কৈ অমদা চৎকদবা; পাং- অপাকপা।

**কায়পুবা :** (কয়াৎ) হকচাংগী মবমদা খঙবা, মীগী মাইবা।

**খরা'মাং :** খবাগী মমাং; মতমগী, থম্ফম লেপফমগী মমাং; মহাক্কি মাং থাবা; চহিগী মমাং (হৌখিবা)।

**মমোমলোই :** মোন্না থোৎনা লোইনজবী, মচানুপী; মমাগীদি মোন্দুনা লোইনজবী।

**থাজৈ :** মচানুপীবু থজবা থমদুনা নুপা অমদা ময়ুম পান্নবা পীবা।

**খোরী কৈথেল :** মোইবাংগী কৈথেল ৯ গী মনুংদা অমা।

**লূকমায় :** লূক- চানবা, চানবা পোৎপু মমায় পালহনবা; অপাকপা ব্রা নত্রগা লীনা শাবা পোৎ হাপ্পবা ওইনা খঙনরে।

**হেন্নম্মোইদা :** হেন্না য়াম্নদি ফজরম্মোইদা; হেনবা-ফজবা, কাহেনবা।

**খুদাং-খুজি-পাম্বোমফা :** লৈশাবীশিংনা শীনরম্বা, খুদাংদগী পাম্বোমফাওবা মরৈ মরৈ য়েংনা অমত্তা ওইনা শীবা; লৈশাবী ওইরি খঙননবা, লৌথোক্লগনা মৌ। পাখং অমনা মরৈ হন্দোক্তুনা হুকতোকপা ঙন্নবদি লৈশাবী অদু মাগী নুপী ওইবগা হুক লৈনরম্মী, হুকতোকপা নংগ্রিঙৈদো থেংনরবদি হাৎপাফাওবা য়ানরম্মী। চংনবী অসি কবুইশিংদদি অথেংবা মতম ফাওবা লৈরম্মী।

**চেংগে :** মোইরাংগী লৈকায় অমা, পুরেম্বনা লৈরম্বা।

**খোমদোন খুৎচুম্বা :** চীংখুবা ওইনা শাগৎপা, লাইজিং পুন্সিবনা মচা পোক্তে হায়দুনা য়োকখিবনি, খোঙজোম্ববু মচা অশেংবনি খঙবদগী মনাও ঈবুংঙো মথং খনবা ওইহনখি।

**মৈগী মৈচম :** মমাংঙৈগী অহিংদা থান্নবা (ঙান্নবা) মৈ।

**পাফল :** কয়াৎ অমগী অয়েকপা; লমগী, পাৎকী, মীগী শাগী মওং য়েকপা।

**ফোইদিং :** চরোৎ, নাপী মখল অমা য়ুমকুপ্পসু য়াবা তুয়ৌগুম্বা।

**লোকলেন :** লোক (চীং অনীগী কারক) অমগী তুরেন মচা।

**ঙাংখ :** ঙানখসু হায়নৈ, লৈকায় অমনি; মদুগী মনীংদা লমজাউ শাবন ওইবা অমা লৈ মদুবু ঙাংখ-লমজাউ কৌনৈ।

**শাবন :** চীংগা তম্পাক্কা তায়নবদা অতোংবা শম্লফম লম মচেৎ।

**থেল :** চীংগী মতোন্দা অপাকপা লৈতেম মান্নবা লম, নিংথিচিংদা লৈবা; হৌজিকফাওবা য়েংবা য়াবা মফম ওইনরি।

**ঈনুংঙানবা :** নুমীৎনা মনুং চংখিবদগী অমুক ঙান্না থোকলকপা; নোংঙানবা।

**খোঙশানগে :** খোঙ শান্না চৎপা, চৎপা হৌবা।

**শরিশো :** রাশক।

**শারঙ :** শা হাপ্নবা উপু মখল অমা; শাগী অচৌ পীশক য়েংনা শাবা উপু।

**পায়মা :** থবাই।

**নোংনা পোকপা মায়কৈ :** নোংপোক।

**হুকথংতা :** হুকচাংগী শাবানগা চান'বা তা—।

**তারোলতা :** তাখৌশাবগী মওং কয়াদা শিজিন্নবা তা।

**থামংখোং, করাংখোং :** লোক্তাক্কি মফম খরা।

**খোঙলেন :** মখোঙদা ককপদা।

তাঙদা ফবা : মতাং ফজবা পানবা তা।

নুংজেংব্রা : লংমাই চীংদা য়াম্না কূংনা হৌবা ব্রা মখল অমা, খুবাই নোংচেংপম পীবনা লীরুং তেন শাখিবা ব্রা মখল; পুরেম্বগী মমাগী মমীংসু নুংজেংলেমবী কৌবনা মাগী মপামগী ব্রা ওইরম্বসু য়ায়।

কোয়রেল : কোয়না কোয়না চংপা, নুমিংকুম্না।

চাউহৈ লেনখাক কূহেনবা : চাউহৈ মাপল-মহৈনা ফজবগুম কূচু ফজবা।

নিংখোম য়াইখোম : নিংথিবা ফজববু খোমজিনবা, মরুওইবা থবাইবু (য়াই) কোনশিন খোমজিনবা।

শম্ফোককাদা : শন্দোবক্কদবা কাচিন; শম্ফোং, খা-নোংচুপ কাচিনবু খঙনবে।

কূবিয়ু : থৌজানবীয়ু, (কূ-মকূ) শেনবীয়ু।

## অহানবা তাক্কক। মতেক-২।

ঈখুন : ঐখোয়গী খুঙ্গং।

চঙনা নম্ম ফাসিকো : হীংনা, অহিংবা ওইনা ফাসি।

চৈবী চৈথারুগনু : চৈ অচৌবনা থারুগনু।

ব্রানা শাথেংলুগনু : ব্রাহৈনা লাংদুনা তাল্লুনু; ব্রাগুম্বনা শাদা থীনবগুম থীনগনু।

ওইগী লমদাং : নুপী (য়েংকী লমদাং— নুপা)।

চীংগোয়য়ু : হায়য়ু। চীংদা কোইনা চংপগুম ব্রাহৈতনা মবম অমা খঙনবা হায়বা।

ঈয়ুম : ঐখোয়গী য়ুম লৈফম।

অপানফম : মোইরাংগী ফম্নাইবশিংগী মরক্তা মীনাই মীশল য়াওনা পানবা ফম।

কোলোই : মীং, কোনবা-য়োকপা মতমদা লোইনরকপা মীং।

থীল্লনি : তপথবগনি।

তুংবুল্লো : তুংদা পুনবা।

## অহানবা তাক্কক। মতেক-৩।

লোইরং : হাইববা, চেত্তবা।

শিঙখোং : পাজেং : ফিরাল চৈখোক।

খুরৌ : খোঙনা খোঙ অমদা কোংশিল্লগা লৈবা মূক্লাগী লৌ অমা।

নব্বাংণ্ডি : নঙতনা হেন্না যৈ, ব্বাংণ্ডি চাউই শোৎজবা।

চায়নবা : থাং-তা য়ান্নবা।

মায়থিগননি : মায়য়োল্লবদা অমুক্তা মায়পাক্তবা।

শরুনা খঙকনি : শিরবসু শরু লৈহৌরিবা অদুনা খঙহৌরসনু।

মঙাই : অমগা অমগা ঙাইনরগা চংথীন্নবদগী লাকখিবা, মরুপ।

কাওজন : (কাও-অফা অপুন য়াওদবা) চেকশিন্দবা, ফাজিনবা গুমদবা বাখল।

**অহানবা তান্নক। মতেক-৪।**

নরাংয়ায় : নঙনা লাংজবা য়াবা মফম- নয়ুম।

লৈমাবা : লৈবাক্কি মপু।

মরুনা মরুপোকপা : যৌ পুনকগী চংনবীদা যৌ শঙবাই অমা পুরগা শঙবাই অনীশিংদবা য়াদবা।

লম্বীলমদাং : লম্বীগী তাংফম ওইবা নাকয়েত্তা।

পৌরোনচন : চংফমথোংবু উনা পৌ শাদুনা চনশিনবা।

**অহানবা তান্নক। মতেক-৫।**

কেগে খোইরা য়েলহৌগী : খোইগী খোইরা শাদুনা মচা মশু পোক্লবগুম কেগে মোইবাংদা শাগে হৌবকপগী।

লাইজিং চৈহৌগী : নিংথৌ মবোল মরোল হৌরকপগী।

থৌদু নুংলাই শাগে অহুমথক্তা ফমদম্বা : মোইরাং হৌবকঙেগী অহানবা লৈশেম্বা অহুমগী শাগেগী মথক্তা ফম্বীবা। অহুম অদুদি — থোঙলেন হৃয়িং খোইচা, কেগে কয়াপা অমসুং খুয়োন য়াংখোঙচাবা।

কোন-খানা : কোনশিন্না।

নঙাল হকপা : নঙাল ফজবা লূম্বা, মশক মতৌ মমিং লৈবা।

মীপু লোম্মুরনু : মী অমগী মপু শাবীদুনা মহৎশিনল্লুবনু।

উরাংমৈ নহা : পাখং।

শুক্তা নাউতাদবা : মচা মশু পোক্তবা।

চাকলোন : চহিগী চাকলেন কৎপনা চহি চহিগী কৎপবু চাকলোন। থাংজিংগী চাকলোন কৎপা মোইরাং পূন্নমক্কি ওইনা হৌজিক ফাওবা চংনরি।

ঈরাংয়াই : ঐনা লাংবা য়াবা, ঐগী য়ূম।

**পম্থৌ :** ঐবু পোকপা ঈপা।

**য়াংলৈ :** য়ু।

**খোয়দাখরে :** পাম্মী খনখরে, (খোয়-থবাই, তাবা-ফুফম)।

**ব্রাগী ফিগৈ :** অরুবা ফিগুম্বা শাবা ব্রাহ্মৈগী ব্রাহ্মোক।

**খঙজফাত্রি :** খঙনবা লম্বী ফাত্রিবা, খঙজদ্রিবা।

**লাংজৈ :** অহুমশুবা।

**খদ্রাকপী :** খদ্রাকপগী নুপী, নুপীমরক্তা খদ্রাকপীগী ফম্ফম থম্লে।

**ঈশিঙঙ :** ঐনা শুজবা শিনফম।

**নখূৎথোক্কি :** নখূৎমক্লা ফংজরকপা, পাঞ্জরকপা, ফাজরকপা— পোথোক।

**শারৌকৎ :** শা অরৌবা কৎপা।

**তুংঈঙ্গা :** মতুং ঈনজরগা।

**অহানবা তাক্কক। মতেক-৬।**

**হাউগল অরাকথক :** লা, লা-মথক্তা ফমলগা লাইকৌরবদি লাইলাকই হায়নৈ।

**ক্কাকপু তাবা লম :** ক্কাক্তা থোনখিবগী ব্রারীদা, কৈ অমা খূদোপ মৈ য়িক্লুগা ময়াদা থাধবদগী শিরবদা ক্কাক ময়াম তাবদা থোনখিবা।

**অথৌলিচা হেপ্পশিং :** থৌনাফবশিং।

**থয়াং কোন্দাই লোনবশিং :** লমজেলয়াংবা, মবিংজেল লৈবা মশকনাইবশিং।

**অহানবা তাক্কক। মতেক-৭।**

**চাউয়েং য়েংবা :** পূম্নমকপু পাক্লা শন্না য়েংবা।

**কাউবা কৈরেল :** অঙাওবা মনিংতম্বা কৈ অচৌবা।

**হোৎখরে :** চেনখবে, (হোৎক্তুনা)।

**হূপলকই :** চেনশিল্লকই।

**থেঙ্গৌ :** তাগী খৌশাবোল অমা।

**অহানবা তাক্কক। মতেক-৮**

**লমজাইয়ু :** কূংনা লেপ্পবু চাইথোকউ অদুগা চৎপা য়াবা লমবেল ফাৎলু।

**পাং :** পাক্লা শন্দোক্লবা অপাকপা, চে পাং।

**ঈরবরা :** ঙমদদুনা অনাবা ওইরবরা।

**উংশিন্দুনা :** মথন্নতা খূং উংবগুম লৈরবা।

**মন্তিক্লবা :** য়াম্মী য়ামদে তীক্লবা।

**খন্বা :** লোইবা, অবোইবা।

**শাবাক ফাকপা :** ঙাগী ঙাফাক ফাকপগুম, শাগী শাবাক ফাকপা।

**শারেল :** শা লেন্দুনা হাৎপা।

**মরাংয়াই :** মহাক্লা লাংজবা য়াবা য়ূম, ময়ূম।

## অনীশুবা তাঙ্কক। মতেক-১।

**ঈরুম্বী :** মোইবাং অমসুং পুপালবা (ফুবালা) অনীগী মবক্তা চেনবা তুবেল অমা।

**খোঙবু :** লাকমীন্নবা (খোঙ) কাঙবু।

**টিঙখল :** লাল্লোই; লানমী (লুবাংগী), থৌওইনা মী মঙক করুনবা থাবকপা।

**শীঙগল-লাঙগল :** নাবক মোংশোং, উমং-বামং।

**ত'রকতা :** তোঙাল তাহৌবা।

**পাম্বা শারাক :** কৈনা শা ফাবগা চাবা।

**থ'য়াত্ত' :** ময়াদা, য়াগী মনুংদা।

**লূবেল :** হকচাংগী খ্বাইদগী অকবা, কোক।

**তম্বা :** মীওইবা, নুপা।

**ন'রম :** নঙনা লৈবিবা লম (খুন্দাবিবা)।

## অনীশুবা তাঙ্কক। মতেক-২।

**ফিগৈ শেংউ :** তশেং তশেং হায়য়ু। ফিগী মফূং মফেল শাবগী চৎনবীদগী লাকপা।

**খোয়খা লেঙখা :** শাউবনা খোয়গী অমসুং লেঙবানগী মখা থানিংবা।

**কোথদুনা :** ব্রা ঙাংবদা শাংথদুনা।

**মীকিথি :** য়ান্না কিগনবা মী, পাঙদবা।

**খুন্দোন :** খুন মতোন।

**মঙম :** মহাক্কিদমক ঙমজবা।

**য়ূমদোকপোক :** য়ূম অমতা তোংঙান্না তাবা।

**ফিমু ফীবাক তরুক তায় :** ফি হৌদুনা শাবা মবাক তকক তায়বা, চৎনবীদা অচৌবা ফম্নাইবদা পীবা মনা ফি, নিংথৌনা মরাক তবেৎ তায়বা ইন্নে।

**শাহৌরকথি :** খোঙশাল্লকথি।

**তাংলৌ :** মতম।

নোংনা চুপ্লমদায় : নুমীৎ তাবমদায়, নুংথিল অমা লোইবমদায়।

লাঙোই'চন : লালগুম্না ময়াম্না কোইশিনবা।

খোঙগোয়নসি : মখোঙনা মীমাংদা চৎহন্দুনা চোগহনবা।

নুংগোয়বী : মী মকোকপু নুংনা কোইশিল্লগা ফুম্বা।

কৈদা : কৈশুমশঙদা।

লোমজগে : (শিবফাওবা), মতোল লোইবা (লোম্বা) ফাওবা লৈজগে।

ঈঙম : ঐনা ঙমদবা ঈথৌ।

মরূম্বী : নুপী মৌ।

নাথৈখরে : নাকল অমদা থৈদোকখিবা, লোন্না থাদোকখিবা।

ঙাংরুংহঞ্জবা : ফম্নাইবগী ফম অমা; লোক্তাকী ঙা ফাবা পান্নবা।

অনীশুবা তাঙ্কক। মতেক-৩।

খোমলেন : তূম্বা, ঈমাগী খোম চীংদুনা তূম্বা।

কোলোয়তম : মীং পন্দুনা।

ঈদাইরেম : চান্নবা মনাই; ঐঙোন্দগী হন্থবা মখা থাবা।

কন্নে কন্না, কন্দ্রে কন্দ' : কন্নবসু, কন্দ্রবসু।

পুরেন লাম্লোই :ঈপা ঈপু হক্তক্তগী লাম্নী ওইবকপা।

শাম্মা-লেংগনমীন্নরকপা : শামান্ননা লেংমান্ননা হৌমীন্নবকপা।

য়াংগেন কায় : নাওবোল অমত্তদা শাহৌফনা।

উরাংমৈ নহা খ্বাংনৌ : পাখং, ফিভম ফজনা খ্বাংচেংনা।

য়াব্রা নুঙশাংলকলে : মতম কূইনা ব্রাঙাঙনবক্তবে।

পাথৌ : নুপা অথৌবা।

য়াংদৌরোই : হীংমীন্নবকপা মহিং লম্বী মান্নবকপা।

লৈশাদবা : অশাবা শীং-মোবোকুম্বা চাবদা লৈ-শাদবা; লৈশাবী- পী।

ঈখে নুংনাং : লোক্তাককি লাইবেম্বী।

পোম্বী : য়ূমদা য়োকপা উচেক।

চেক্লা : মনিংতমবা উচেক।

ব্রাহেনা শাদাব্রুরে : লাউ খোংদুনা শাতানবগুম তাল্লুবা।

হূইয়েল : হূইনা য়েল তানবগুম (লাল)।

**শায়দাংবা :** মীগী মরমদা তাংদুনা লৈবা।

**শঙলাংমৈ :** শঙ ময়ামগী মমৈ ওইবা য়ুম।

**মৈনীঙ কুমলিঙৈ :** অঙাংপোকপা নৌরিবা মতম, মৈয়ায়নবা চৎনবদগী লাকপা।

**লেমলৈ :** ঙা, লেম্না লৈবা।

**ময়েক-মশোল :** পাবগা খঙনবা - ময়েক, তাবগা খঙনবা-মখোল।

**হামু-হামুনি :** হান্না হান্নগুম, হঞ্জিল হঞ্জিল।

**চঙক্রমন্নী :** মবক্তা চঙলুবগা ঙকতুনা তৌনঙায় খঙদনা লৈবম্বা।

**মঙশক :** শিখিবগী মঙদা ফুমখিবা, মৈ থাখিবা অদুগী লমন ওইনা মবাল লৈবা অদুবু মঙদুদা তুংইলহন্নবগী শকপা ব্রাশক।

**থূপচা'না :** লোন্না থূপচিন্দুনা থম্বগুম, মবাল হায়দোক্তনা।

**য়ূমদিনচাক :** শাগেগী য়াননবা চাক চামীন্নবগী চৎনবী, অঙাং য়োকপগী, লাইগী নত্রগা খৎনবা তাইশিন্নবগী।

**অনীশুবা তাঙ্কক। মতেক-৪।**

তাবু : ব্রা নত্রগা লীনা শাবা মখুম য়াওবা উপুগুম্বা, ফিঙাককুম্বা।

**ফিদোল চীংখৎ শেৎলগা :** মৌনা ফনেককি ফিদোলবু থবাক খূন্না শেৎপা খূৎশেৎ।

**শঙ-শঙ উই :** হৌখিবা উখিবা অমবু (শক্তম) নিংশিংদুনা তশেং তশেং উবগুম। লৈনবা য়ূমবু (শঙ) শঙ ওইনা উবা।

**পকচনসু পকচপ্রে :** য়াম্না চান্নমক ফজবগী মফজ'।

**অনী চংনা পা'বদা :** মী অনী পূন্না চংদুনা পাববদা (মপা পানবা।

**নমলেনথক :** নঙ্গলগী মথক লেংবান (নমলেন)।

**য়ূরেঙ্গান্বী :** পুবেম্বগী মপুবোক হাউবম নিংগোয় য়াইমবগী অনীশুবী নুপীনা পোকপা থাংলৌ হৈবা; থাংলৌহৈবনা পোকপা য়ূবেনগী নুপী (য়ূবেঞ্জম শাগেগী মৌ)।

**ঈশু'তানা শুরগা :** য়াম্না চংখোলনা ফিশুবা, ঈশিং মনম নম্না শেংনা।

**লূম্নাং কুপ্পা :** লাইবক (লুম্নাং) কুপ্পা (খূন্না)।

**কুচু'ঙান :** ফজবা কুচু (কুবাংবাল মচু) ময়েক শেংনা (ঙান্না)।

**মেপ্লৈ :** উবৈ। উদা নপ্পগা শাৎপা লৈ, লাই হবাওবা মতম কালেন্দদা শাৎপা লৈ।

**পানিঙঙাই :** মাপা থিবগা চাং তম্নবা, পা'নবা।

**ঈমুল হেক মুল্লী :** নুংঙাইমন্দুনা উইথবা, হৈ মুলবগুম ফজনা মুলবা।

**চেংগৈ :** লৈকায়গী মীং, পাৎ ওইবা মফমদা কংফাল অতোংবা, পুরেম্বগী লৈকায়।

**তগুঙাইদৌবা :** তগুতাবা অমা ঙাইবা, (অঙাংগোকপা ঙাইগদৌবা) ঙাইদবা য়াদবা।

**খোঙকাপ নুরা মশিং কায় :** নুপীগী (নুরা) খোঙচৎ (ঈগী) কায়বা (মশিংথিবদা)।

**লৈরাং লৈহনখিবগী :** খোঙচৎ কাইখিবদগী, অঙাং ওইখিবা।

**থৌবু'পু :** থবক পুবা।

**য়ূরেন :** য়ূরেঙ্গাম্বীগী নুপা, খুমন য়ূরেন খম্বা।

**চেংগৈরাকপী :** লৈকায় লাকপা - চেংগৈ লাকপগী নুপীবু চেংগৈলাকপী কৌই।

**থোংগী নাতৈ :** থোংগী পৌরোল, থোংগা শক্লজবা (নাতৈ) লোন্নবা চৈ নত্রগা মবৈ।

**শীঙলেন :** নুপী থিরবা নুপাবু শীংলেন কৌই, নুপা লৈরবা ময়ূম পাল্লবী নুপীবু - মৌ কৌবগুম। শীঙলেন শেনখায় হায়দুনা অশিবগী শেনখায়দি চৎনরি। পাখংশিংগা শীঙলেনশিংগা কাংজে শীংনবী শান্নগনি হায়রবদি- লৈশাবীশিংগা মৌশিংগা শান্নগনি হায়নবগুম্বা - 'পী'গী ওন্নবা 'পা'গী : পাখংশিংগা-নুপীথিরবা নুপাশিংগা শান্নগনি হায়বনি। মসিবু ওন্ন তৈননা শীঙলেন (শীঙেল হায়নদুনা) অসিবু 'পী' ওইনা শিজিন্নরি- খুদম : 'শীঙলেন ঈন্দু'— ব্রাহম্মোক্তি- নুপীথিববা মাগী (ঐগী) ঈন্দু হায়না খঙনগদবদু - নুপী ওইবী ঈন্দুতমক খঙনরি।

**খোমলেন তূমখূল তাল্লমদায় :** তূম্নমদায়, (মমানা মচাদা তূমহন্নবা খোম পীথক্লগা থেম্বদগী লাকপা ব্রাহৈ)।

**হাইদোক্লমলে :** তোকচরগে হায়রম্নবা, তোক্লক্লবা।

**খোয়রাংবগী খোয়শাউবরা :** (খোয়-থব্রাইগী মরূ) রাংবা-লাংবা, শাউবা-য়েকপা-থিনবা, থব্রাই নুংঙাইতবগী শাউনিংবরা।

**শাফরনি :** ফরগনি। (শা-হকচাং)।

**থৌজাউ :** থৌ অচৌবা (থবক অচৌবা পায়বা)।

**শায় তাংবা :** মীগী মরমদা তাংদুনা লৈবা। (শায়-নুপীগী চুবাদা শায়জিনগুম্না ককপা, শায়; - য়ূমগী শায়জিন)।

**লাংলেলহল :** ঈচা অহল। মীওইবগী লাংথাকপগী খ্বাইদগী অহল।

**তূংলমচৎ :** লাক্কদবা মতমদা চৎনরক্কদবা চৎনবী।

থাবুম মঙাগী মতোন্দা : থাবুম মঙা ফাবগী অরোইবা নুমীত্তা।

**মালংপান :** নুংশিংনা পাল্লিবা লম, মীওইবনা হিংলি
লেংলিবা অপোক অশিনাইবা তাইবংপাল।

**লৈখোক লোইরক :** লৈগী লৈখোক্লা কেল্লমদায়দা লোইশিল্লকপা খুইজিল্লকপা, কোম্লদুনা
থবেক থবেক্লবা।

**লৈচু লাংশিল্লক :** লৈচু ওল্লকপা, কেল্লমদায়গী।

**ভূম্যা পাই :** অনী অনী পাইমিন্নবা।

**লোইশিনবা :**

**য়োইময়াই :** নুমীৎ।

**মণ্ডাংদগী :** নোংপোক্তগী।

**লুব্রাংপাং :** নোংচুপলোমদা।

**নহেরোল :** লাইগী মীংখৈ শক্লগা পেনবীনবা ঈশৈ, লাই তাইনবা ঈশৈ।

**মীরেল :** মোইবাং তুবেলগী মীং।

**নাম্বী :** মোইবাং তুবেলগী মীং।

**লৈরোল চন্না :** লৈবাক তৌবগা অশিবা ফুম্বা।



মনি মাইরেম্বমগী

<u>ফোংত্রবা লাইরিকশিং</u>

| | |
|---|---|
| 'অফুৎপা য়েরুম' | (১৯৭৬) |
| 'হৱাদো লৈরাংদো' | (১৯৭৭) |
| 'ফজরি-ফজরি' | (১৯৭৮) |
| 'লিটরেরী টর্মশিংগী মণিপুরী গ্লোসেরী' | (১৯৮০) |